# শিজ শমজমনি

( শমজুরৈম )

সম্পাদক

শ্রীচন্দ্র সিং সাহি[illegible] ভূষণ

# শিজ শম্‌জমানি

## ( শম্নুজুরৈম )


সম্পাদক :—

শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ

সাহিত্য ভুষণ



বুক সেণ্টর

শিংজমৈ বাজার।




[ মমল :—২·৫০

পব্লিশার—

কে, এইচ, সুরেন্দ্র সিংহ

মোইরাংখোম, জন্মস্থান ইম্ফাল।

১বা ফোংবা—

১৯৬৬ ইং জানুয়ারী

কোপী—১০০০

নম্ফম ঃ—

মণিপুর গীতা প্রেস

শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল।

# খঙ্‌হঙ্গব

শিজ শমূজমনি, মোইরাং নিংথৌ খেলৈনুঙ্‌নাং তৈহৈলবগি মচা পুখীনি। মহাক্ অসি ঔরান মনিপুর চাইখায়ত্নুন মৈতেঙঙু জয়্‌সিংহ মহারাজন তেখাউ য়ৌগ্রবা মপাবুং গোইরাং নিংথৌগ ভখেল্ লোম্‌দ লাল্ চেন্‌মিন্নে। খোয়্‌ম্ নোংদম্‌খোল্‌ন অমা তাইবঙ্ শমু ঈথৌরাঙ্‌ন অমা ওইবন চহী য়াম্‌লবী মবেংথৌ লম্‌খাঙ্‌দ অনাব হেনজিল্‌লক্লে। তখেল্ য়ৌনব পুরে লম্‌খাঙ্ দশিব তারি, চেন্‌দন লৈরে ঔরাগি মখুৎত শিব তারে। মখোয়্‌গি ফিভম্ নুঙ্ অনীগি মরক্ত হা ওইরে। মরম অত্নুন ঈরাং পুরিক্লাই খেলেম্‌বন মচা নুপী শমূজুরৈমবু ঔরা নিংথৌদ কৎতুন মমাক্ ঈবুংঙো মহারাজগি মরৈবাক্‌সু কন্‌নব ভঙুগ অশোন্‌বী মমাবুসু খূয়া তুশিৎন ময়ূম্‌দ শিনব তৌখি। মাসি মোইরাং কংলৈরোন্‌দগি শিন্‌দোক্‌চবনি।

লৈবাক্‌কি অরাব কোক্লব তৌখিবী অমদি মপাগি য়াথং লৈপাক্ তাহন্‌খিদবী পুক্‌চেল্ চাউবী নুপী অসিগি মরমচং-উৎনিঙ্‌বদগি মৈতৈ ময়েক্‌তগি থ্বাইন খঙ্‌নব বাঙ্গালা ময়েক্ত শিন্‌দোক্তুন ছাপা নম্ব য়ানব শেম্‌দোক্‌চবনি। মাসিদ অরাবদি মৈতেঙঙু জয়সিংহ মহারাজগ মকু ঈবুংঙো মোইরাং নিংথৌগ অনীগি মরম্‌দ কংলৈদ ভাঙ্‌নবগ মোইরাং কংলৈরোন্‌দ ইব য়াগ খর খেন্নব অসিনি। মাসিগি মরম্‌দ অচুম্ অরান্ থিবগি

শরুক্তি ঐহাক্ক শরুক নম্তে। ঈথৌ নত্তন ঈথৌ শাবদি অরাবদ খোঙ্‌ থাবনি। অতুন অচুম্ অরান্‌গি রাদি মোইরাং কংলৈরোন্‌গ কংলৈগি কুম্বাব পুরান্নচিংব পুয়ান্‌গন থিনরসন্থু হায়্‌ন থম্‌জরে। ঐখোয়্‌গি ঈখৌদি মরৈবাক্ নিঙ্‌বী নুপী মচা অদূন মপাবুংগি য়াথং ঙাক্তূন মরোল্ ঈরোল্ তিন্নদব ঔরাদ হরাউ হরাউন লৈখিবী অতুগি মরম্‌চং, অচৌব মপূক্‌চেল্ অদূতবু উৎচনিঙ্‌ননি।

লাইরিক্ অসি ছাপাদ ঙনৃথোক্‌প নম্‌দন মতম্ কুইন লৈরবদ পূক্‌চেল্ চাউব মনিপূর গবর্নমেণ্টন সবশিডি পীবিদুন ফোঙ্‌দোক্‌চব অসিদ মনিপূর গবর্নমেণ্টদ অকাউব লৈতন তৌবিমল্ উৎচারি।

শ্রীচন্দ্র সিংহ
১/১১/৬৫ ইং

# শিজ শম্‌জুমনি

## অহান্‌ব পন্দুপ্‌

১ পোইরৈ খুন্‌নিংথৌ ২ রংঙ্‌ম লৈবাক্‌ মপুন ঙমান্‌ খেলেম্‌ববু ৩ ঙংঙোই লৈমাব ৪ ঈরাং পুরিক্লাইবু শেম্বিরবদ কেগে নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাব পু রক্লাই থোক্‌খৈ পান্‌জুম্‌বদি ৫ কোরও নোংনিংথৌ অরাং পাখং য়োয়্‌রেন্‌ব মথৌঙান্‌বু চয়্‌রৈ ফিগাউ শান খান্নরোরে। কেগে অনৌব মনিন্‌ নাই মোইরাং মরাঙ্‌ হওন পান্নে। পোইরৈ ঙাংঙোঙ্‌ মমুং কুই রাংঙম্‌ লেম্‌ থোঙ্‌ মখৈ পাক্‌পপুঙ্‌স হরাউ পুঙ্‌বু শেম্‌ সুংঙাই মরাং কায়্‌ন পাল্লবদ নোংপোক রায়্‌বং লমন চাউবগি ওৈরা সনা লৈকোর্‌ পুঙ্‌দ রাওন্ন ওৈর তোঙ্‌দোই নিংথৌ খাম্রল্‌ লৈমাবন লাইরেল্‌ ৬ মৈতেঙু, লোইনাই কৌব চিঙ্‌থংখোম্‌বদ থোঙ্‌লোয়্‌ পাও-হোন্‌ববু শীরক্লন মমোম্‌ তক্ষা রংঙম্‌ লেন্‌বু পী● চায়্‌ন পাওমেল্‌কয়্‌ লাইরেল্‌ মৈতেঙু পোইরৈ লৈমাবন মমোম্‌ তক্ষ রাংঙম্‌ লোন্‌দি অচউ লেপ্‌ফাদরি শাংস্থ লম্‌ঙম্‌দরি তক্ষা ৭ মনিং শাংলৈলেপ পু লেপ্‌ ফাব রাংঙম্‌ মমুং শুম্‌লৈ লেপ্‌পু লেপ্‌ফংববু [illegible]ঙাংজখিও হায়ন পাউথুম্‌খিএ। মত্তাইরেম্‌ থোঙ্‌লোয়্‌ পাওহোন্‌বন পাউতম্‌লবদ ওৈরা তোঙ্‌দোই নিংথৌ

---

১। পোইরৈ—মৈতৈদ খুন্দারববু পোইরৈ কৌই। ২ নিংথৌগী মচামচাবু রাঙম্‌ কৌই. ৩ ঙাংঙোই—মোইরাং তুরেল্‌গি নোংচুপ্‌ থংব লম্‌, অদুগ কেগেন—নোংপোক্‌ থংব লম্‌বু থঙৈ। ৪ পুরিক্লাই—মোইরাংনিংথৌগী মমিং

থাম্রল্ লৈমাবনবাতাথিরক্এ ঈতাইরেম্ থাম্রল্ ১ লৈবাক কোইব ২ অথৌলিচা হেপ্প ৩ থয়াঙ্ কোন্দাইরোন্বশিংঙ, ময়ুম্ পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌন পায়্ম উনগোয়্নুংদনি ৪ শেনবী কন্তও য়োংকুম্ নুংকন্নন মযোম্ কক্ষা রাংঙম্শোন্বু অচাউ লেপ্কাদরি শাংন্থ লমঙম্দরিএ হায়ন ৫ শুমায় লাথী কোইশুম্ কোইথনন খো বল্ চাম্লৌ লাথালেন্শুম্ কোইবৈনন পোইরৈ খোবৃযঙ্ মরৌ চাউন করিগ পাউথুম্লগবনো ? লাহল্ ঈপল্ নিংথৌ থান্শ. সনা লৈকেয়্ ফম্ব অরোঙ্ ফ্রা মহাক থক্তস্ত পোইরৈ ঙাইনেংশানে থমল্ মবী তংনঙ্মুসে হায়্বনু পাওয়াদব রাগি পোইরৈ মপুঙ্ তাক্ রঙম ৬ মরৈকায়্ন লানুনং-কন্বনে। হেক্কিক্ নিংথৌ ঈহাক্থক্তস্ত্ অনোবা পোইরৈ তেমদ লান্ রাংঙম্ মরৈকায়্ন পন্থেংসে তায়্ন রঙম্ রে। ঐরা লোঙ্-দোই নিংথৌ খাম্ল্ লৈমাদি ফেলেন্ মতম্ থন্ন মতাইরেম্ অথৌলিচা হেপ্প থয়াঙ্ কোন্দাই রেন্ব পুম্নমগ খাম্ল ৬ শঙ্দিং লাল্লৈন থেম্. পুন্নুং লাল্পোং মঙাল্ নাই, থাঙ্লেন্ মথৌহেন টিমেল্ খেরাংথোং, লাগোই মাইফাশা কামান্ মরীশাং ১ তড়েং শেন্বুঙ্ মনিন নাই. ২ রাংলেল্ মরাঙ হও ৩ চয়্রৈ

৫ কোর ও নোংলিংগৌ —মৈতৈ নিংথৌ ৬ তেঙঙ্—মৈতৈ নিংগৌ মমিং ৭ মামং—মনম্বা।

১। লৈবাক্ কোইব —লৈবাক্ ঙাক্পীবা অথৌলিচা হেপপ— মখিল্ শেংন থৌনাফব ৩ থায়াঙ্ – মথোবা, থয়াঙ্ কোন্দাইরেন্ব মথৌন য়েংন লোয়্নব ৪ শেনবী কন্তও য়োংকুম্ নুংবান্নব -লৈবাক্ তওনব য়োংকুম্ মনুং থোয়্নহুন। ৫ শুমায়্ লাথা কোইশুম্ ···· কোইরৈনন —শুম্মাঙ্দ

ফিরাল্‌ নারেঙ্‌বু পোম্‌বী নোংলোল্‌ পাইগুম শোইরেল্‌ লুহুপ্‌ মঙান্‌ নাইন শমু থোঙ্‌শাল্লকলে। ঈরাবতী লাইজ ঈরাল্লকলে। চকপ অঙ্গাং-ঈ, ইংখি ঈয়াচাউবু কান্ন চোং, শেন্‌বী তুমু লে কপাউ ঈবু ফৈন শম্‌ হুয়েল্‌ লাল্‌হে রকলে।

লাইরেল্‌ ৪ মৈতেঙঙু লোইমাই কৌব চিঙ্‌থংখোম্‌বন খাম্রল্‌ ননিল্‌ নাইব ঔরা তানদশন হুয়েল্‌ লাল্‌হৌরকপ রাবু নাতারবগি ৫ ময়ু মৈতেঙঙু লাইরেল্‌ নাউফংব ৬ তুবি ৭ লম্‌থক্‌ শাবাঙ্‌পুঙ্‌, লাব নোংলৈকম্‌, তিংয়ি রাফোঙ্‌ লাক্‌ কংলা থোন্‌ তরেংত ফনক্‌ম্‌লবগ তুবি ৮ কচক ৫ও লাইরেল্‌ মখি নাইন রাঙম্‌লকয়ে। পোক্টৈরে খুনফংথৌ তয়ুং নাইফংথৌ অথোলিচা চেপ্‌প থয়াঙ্‌ কোন্দাইরোন্‌ব ৯ পাম্ব কৈশকপ ১০ কৈরেল্‌ তেংথাব ১১ অথম্‌ মীপোকপ ১২ অখো লাংগোন্‌ব তন্‌ব কংলা কাওনকোইশিংও, ঈপোক্টৈরে তান্‌থোঙ্‌ ময়ুংকুই লেম্‌থোঙ্‌ মফৈ পাকপ পুং কওক্কেঙ্‌ যমন গীচিকত থিংব য়ামন লাঙ্‌তক্লন

থাব লান কোইন চৎপগুম্‌ মাকোই ঙাঙহুন্‌ অতুগ খোংবান্দ হওব পাঙ্‌-খোক্‌ লান শাই হুম্‌নত লৈবগুম্‌ মা লয়ন্‌ লমন্‌ ঙাঙ্‌লহুন। ৬ যাঙ্‌নিং লাল্‌হৈ খেম.........................মঙাল্‌ নাই—শাপোৎ লান্‌পোৎ শেৎতুনা অতুগ মখোয়্‌গী শাফি লানফি অতু য়াম্‌ন ফজন উহনতুন। লাংগোই—শগোল শামু।

১। তড়েং শেন্‌বুঙ্‌—শেন্‌ন শাব শেনগী পুঙ্‌ ২। রালেল্‌—পুঙ্‌ রাংফৌব উ ৩ চয়রৈ———পাইগুম্‌—উচেক্‌ পাইবগুম্‌ ফিরাল্‌ পাইব ৪ মৈতেঙঙু—মৈতৈ নিংথৌ ৫ ময়ু—মনুথৌ ৬ তুবি—লাল্‌ তোঙাল্‌ব

পোইরৈ করম্ লৈখোঙ্ কায়্সিবনো? লাহল্ ঈয়ু নিংথৌ ঈমাঙ্গি নিংথৌ মরেল্ খূদিঙ্দম্ক খাম্রল্ মনিল্ নাইবন পোইরৈ তম্দ তান রাংঙম্ লৈখোঙ্ কায়্রে ১ পম্হেংলয়ে হায়্রবু পূম্ম লৈরক্তে। ঈয়ু মৈতেঙ্গু ২ থোংনাং ৩ ময়ামর ভূবি সনা মহাক্থক্কুসুঙ্ থোংনাং তংখল্ মনিস্ন ইবগ থাম্লল্ লাং-গোইপুঙ্বু লেম্বগন পোইরৈ তমদ তা রাঙম্ তম্দ কূন নিংথৌ পান্ব লৈবাক্ ঈমাননব্ অনীন থাংচপ্নন পম্হেংনোংদম্ম পোইরৈ লৈবাক্ চেপ্নে হাইন রাংঙম্ লৈখেঙ্ কায়্রক্কে। ঈয়ু নিংথৌ থোংনাং ময়াম্ব ৪ শরা চেকনিংথৌ পোন্বী গরূড় লাম্তান্বন ভূবি মহি হীন মেঙ্ লাইরেল্ ময়ই য়াইন কন্ ৫ কেগে ঙাইতে লওকোম্নুং থম্বাল নোংশা লওদ তখেল্ লাল্য়াম্ কারওয়ে ৬ চিবী লেকূলাউপুঙ্ ৭ চখা শল্লংখেল্ ৮ রাংজিঙ্ লোক্চাউ ঈদস্নুঙ্ ঔর মনিন্ নাইববু থাম্লল্ মেৎচেৎ য়াল্লওয়ে। ঈয়ু খোয়ুম্ লাইয়িংথোন খোয়ুম ১ থরা

জাং অহুম্গি মীগ শম্নব নিংথৌবু ভূবি হায়্ন শিজিরৈ ৭ লম্থক্...... লবগ—কংলাদা মথোল্ ৭ শুব সিংহাসন্ব কম্লগ ৮ কচক্ হও—শাউন। ৯ পাম্ব কৈশকূপ—কৈশুম্ শিঙ্থানব ১০ কৈয়েল্ তেংথানব—কৈগী মথোনা মপাজল্গী বাবী শাবগুম্ ময়াক্কিস্থ ঙাঙ্নব ১১ অথম্ মীপোকপ মথোনা লৈব মী পোকপ ১২ অথৌ লাংগোন্ব অকল অথৌবু য়োকূপ ১ পম্হেংলয়ে—লালতারয়ে ২ থোংনাং—ময়াং ৩ ময়াম্ব—গরিবনিরাজ মহারাজবু ময়াং ঙম্ই হায়্রুন ময়াম্ব ময়াংঙমব—[ময়ামব] মিংথোল্ অসি নী ৪ শরা—শাফু। শরা...... লাস্তান্বন—শাফুদ উচেক নিংথৌ গরূড়গ মান্নব ময়াংঙমব মহারাজন। কেগে ঙাইতে......নোংশা লওদ

মমায়্ ওন্দ চিঙই ২। চেংঙা মনম্ মৃকতন লাংগোনবিরক্পা পৃঙ্নে। লাহল্ ঈয়ু মৈতেঙঙু শেন্বী খাগেম্ব চৌকা হোংদৈ ফাব, লাইরম তোপ্ঙো ওম্ব হুযেল লোক্প লাম্হৌয়াঙ্বু কাইনা হুন্ব ভুবি সনা মহাক্থক্লহুঙ্ ময়ুম থোংনাং মনিঙ্ নাইব ময়াং লৈকোয়্ ৩। পুঙ্বু লোম্বন পোইরৈ তম্দ ভা, রাংঙম য়ূমলক্ চঙ্ন পম্বেংলববু ময়াং পৃক্লিঙ্ পেন্দন হুয়েল্ অমরক্ লাল্ হওরকয়ে। পোইরৈ তম্দ কুম্ন হাওয়েল্ ৪। য়াংগোই পুঙ্দ ময়াং লৈকোয় পুঙ্বু লেম্বদ নমু মীশিঙ্ থীঙম্দন থোংনাং তেঙ্গোল্ লিংলরব ব গি ঈয়ু মৈমেঙঙু লাই-রেল্ শেনুবী খাগেম্ব ৫। লিক্লাই নোংশা খাঙ্নোব য়াওরও শানিংখোঙম্বন হাও য়েন্ব নতুয়া, য়াংগোইব মশঙ্ফম্, হাওব য়াংগোইব জন্ব শোঙ্ য়াই ৬। নোংমায় হাওরম্তোঃ অতোন্

---

—ভার্বিঙ্ মহুংদ লৈব হাইতে লংকোন্ মহুংদ লৈব থম্বাল্ নোংশা লওর ৬। চবী লোক্লাউপুঙ্—ইরোক্ লিভান্ মনাকফি চিঙদুম ৭। চথা চল্লুংখেল্—শঙ্ংফম য়োরমদাইব কাইরেল মীখোকত লৈব পুঙ্ ৮। বাংজিঙ্ লোক্চাউ জী—চর বান্লম্গি মথক্ বাংজিঙ্ নিংথৌগি থৃভম্ লোক্চাউ কোব ভুরেল্ মরু অদুদগি চেহ্নক্পা ঈশিং।

১। থরা—পৃথিবী পুব চুপ্ ওইব লাই অমা ২। চেংঙা—চুপ্ ওইব লাই। থরা, চেংঙা, মুচেং, য়ুহা লাই মরি অসিন পৃথিবী অসি কাহুন লেঙ্দন ফনি ৩। পুঙ্বু লেম্ব—মকোক্ ওইব, (পুং—লম্, লেম্ব-মপু) ৪। য়াংগোই পুঙ্—[য়াংগোইব পুঙ্] লৈফম্ ৫। লিক্লাই নোংশা খাঙ্নোব য়াওরও শানিংখোঙম্বন—শাগী নিংথৌ নোংশা খাঙ্ঙেংব শারাক্ থৌবঙমন নিংথৌন ৬। নোংমায়—খুমন্ সনাই। নোংমায় হাওরম্ তোন।

য়াংব কাইব থাঙ্য়াল্লম্ ৭। মচি হাওরম্ হন্ব লুতুরাই, হাওরম্ নিংথোউ য়ায়্মব মীকপ্ ঈ, ১। লিক্লাই ভওরঙ পরেং কেন্ ২। খূরোয়্ খিংবা কোম্দ থোংনাং লান্গ মাঙ্ন ময়াং লালয়ান্ ফারওয়ে হায়্ববু নাত্তায়ে। থাত্রল্ তানদব অসিমুঙ্ লাহল্ লাইরেল্ ঈশাবি অয়াং ফাৎলও ৩। ময়াম্ব তুবি সনা মহাকৃথক্ক পোইরৈ য়ুম্লক্ চঙ্. বাংঙম্ য়ুম্য়ায়্ থায়্ন পঙ্গেংলয়বব্ থাত্রল্ উন্বী পূক্লিঙ্ পেন্দম হৌজিক্ নিংথৌ ঈহাকৃথক্ক অনৌব লাল্ হওয়কপ অসিবু ঈয়ু নিংথৌ লাইরেল্ শেন্বী থাগেম্ব তুবি হাওয়েল্ ৪। হীভা য়াই, লিক্লাই লাংগোই ৫। শারোক্ য়াইগুম্ববু ঈয়ু খোইমোম্ লাইয়িংথৌ ৬। চিঙ্লেল্ নোংদাই নিংথৌ, থোংনাং লোইজা থোম্ব, চিঙঙ্ কোরও নোংঙান্বনচিংব থোয়্ম্ লাইয়িংথৌ কেগে চাউব পূঙ্, মোইরাং শাংব য়াই, ৭। শঙ্গোঙ্ মরিব ময়্ম্ নাকৃকি লম্চওফব মালং

---

——মীকপ্ ঈ—খূমনগী হাওরম্ তোন্ কৌব, মচিন মনাও অহুম্গি অতোন্বন ময়াম্ব অহনবু থাঙ্ন য়ান্থুন হাৎখিব মফম্ ময়াম্ব য়াইমন ময়াম্ব শিব উবদ কপ্খিব ঈসিং লৈবা লম্ [ য়াংগোই কারোং ]। ৭ মচি—ময়াম্বা

১। লিক্লাই ভওরঙ... ... — খূরোম্ খিংবা কোন্দ—লিক্ পরেংন ভৎতূন তাখিব লমাংদোঙ্গি ঈয়ম্ন খিংব লম্ন ২। খূরোয়্—লমাংদোঙ্। ৩। ময়াম্য মহারাজবু ময়াম্ ভম্বনি হায়দুন ময়াম্ ভম্ব শাগ্বদি ময়াম্ব কৌঈ ৪। হীভা য়াই—হী ময়াই চম্ব য়াই। ৫। শরোক্ য়াই—য়াই অহুগি মপান্ন শা মুন্ব. থোম ভম্ব য়াই। ৬। চিঙ্লেল্ নোংদাই নিংথৌ—চিঙ্ তাইব, নোংমদোন্ তাইব

অয়াঙ্ব মমাঙ্ লেপ্ন খোন্ওনূব ৱারক্ নিংথৌ অপিশা, ৮। উই নহা থাঙ্নৌব, চিঙঙ্ ৯। তাইবঙ্ খায়্ব, ১। কাল্লও নোংদাই নিংথৌ চিঙঙ্ ২। পাকক্ য়োয়্রেন্ব, ৩। খোয়্ম্ য়াঙ্বী শিদবগ য়োয়্বু চিন্ক্ লম্বাবী তাম্থোঙ্ লম্-মাহন্বীগ ঈমা য়োয়্বু খোইমোম্ লাইরেম্ম ৱায়য়্ শাকুবী, হুয়েল্ লাল্কুবী খোয়ুম্ পুন্নম অসিন পোইরৈ চেপ্ন হয়্, ৱাংঙম্ তেৎনৌ চিদাই নাইদববু য়োন্দন লল্কুবিস্নুনো। চিঙঙ্ মরল্কু মাইশ মথোই তোংববু লাইরেল্ চয়্রৈ কিগাউ শান ৪। থান্মগে। ৫। তন্ব ঈথোয়্সু ৬। খোয়্ম ঈমায়্ লয়্দ য়াম্জেং ৭। ঈনম্ মুক্নগুম্নুসে। তুবি ঈহাক্থক্ত পোইরৈ করম্ন লৈখোঙ্ কায়্সিব। পোহরৈ অথোলিচাহেপ্প নখোয়্ পুন্নমন্থ্ঙ্ তন্ব ৮। থবাক্ চুঙ্ ওইন, পাম্বোম্টা ওইনন মালেম্ লৈবাক্ ঙাক্লক্পশিংগি মপারি ৯। মনোংয়ায়্ মশেন্নো ১০। তুরেল্ ৱায়্খূবী চা তুগুম্ববু নিঙ্ন

---

লাই। ৭। শম্থোঙ্ মরিম—শম্থোঙ্ নিংথৌ ৮। উই নহা থাঙ্নৌব সনামহি ৯। তাংবঙ্ খায়্ব—সনামহিবু তাইবঙ্ পান্ব অসিগি ৱায়েন্ব মপুনি হায়্রুন তাইবঙ্ খায়্ব কৌই।

১। কাল্ লও—অবাং ২। পাকক্ য়োয়্রেন্ব—পৃথিবী পুব লাই মকোক ৩। খোয়ুম্ য়াঙ্বী শিদব—মক্ক ওথব শিব নাব লৈতব লাই ৪। থান্নগে—লৌজগে। করিগুমব থবকক্ অম। তৌদুন সেল্ থুম্ তান্ববু থাম্ব কৌই ৫। তন্ব—নীপা ৬। খোয়্ম। পুকচেল্ পুক্কিঙ্ ৭। ঈনম্ মুক্প—মায়্লয়্ব, চেথ। ৮। থবাক্ চুঙ্—— ঙাক্লক্প—মথবাক্ লোংন য়ান্ মরৈবাক্কি দমঙ্ক কথয়ায়্ কংন লৈবাক্ ঙাক্লক্প। ৯। মনোংয়ায়্—মচু ১০। তুরেল্ ৱায়্থূবী চা ———তেনগুম্নুসে তুরেল্গি ৱায়্খুন

১। শয়েঙ্ থয়্নব পাম্বোম্ ঙানববু ঔরা মনোংমৈ কামান্ থাঙ্ফেন্নন কোরও তম্নোংখোং, রাংবল্ লাউনোংখোংগুম্ববু খাঙঙম্দরবগি রাংঙম্ নিঙ্তেনন পোইরৈ তেঙ্গোল্ কায়্রে। ২। ঈরোক্ লাইচম্ লাল্, চিঙ্লেল্ ফৈ তোয়্ শম্ন হুয়েল্ লাল্ শোক্নরক্লে হায়্দবরা? খাম্রল্ লাংগোই পুঙ্বু লেম্বদি লাল্শোক্ মরাং ক৷য়্ন পোইরৈ তুংইন্তানৃন রাংঙম্ তম্দ তারক্পবু নাতারবগি লাইরেল্ মৈতেঙঙু লোইনাই কৌব চিঙ্থংখোম্বল রাংঙম্ থয়াঙ্ কোন্দাইরোনৃব কাওবী শল্শকৃপ কৈরেল্ তেংথাব পূম্নমবু ঙাইরোয়্নন হুয়েল্ লাল্ হৌখিয়ে। লম্লেল্ মতাইর্ম নোংপোক্ ৩। মহা ঈ মরু, শেক্মাই ঈনম্শেং ৪। তেৎনৌ কন্বী য়োৎশুংফম্দ হৈরেম্ ঈরুম্ মৈ, খুঞ্জান্ পন্মৈখাবু নাতৈনন খাম্রল্ মনিল্ নাইবগ ৫। খোংফেল্ মায়োক্ য়ান হুয়েল্ লাল্ শোক্নরে ৬। পোইরৈ চিৎনদ খাম্রল্ চায়্নদন পোইরৈ ৭। রাইর মতেল্ চাবু লাংবল্ ৮। খোইরেল্ পাইগুম্

---

১। শয়েঙ্ থয়্নব পাম্বোম্ ঙানব — হক্থেংনন ইন্নৃব। ২। ঈরোক্ লাইচম্ লাল্—লোক্ তায়্ লান্দুন ৩। মহা ঈ মরু — মহা তুরেল্ ঈশিং হওরক্ফম্ ৪। তেৎনৌ — য়োৎ ৫। খোংফেল্ — মায়োক্নন খুৎলাই লংনতুন শোক্লব ৬। পোইরৈ········ চায়্নদন— থয়্নব য়াদন চিনৃব; পোইরৈ মৈতৈস্থু ঔরা তেঙ্গোল্স্থু য়াম্ন কুঙ্ন লৈনখি ৭। রাইর-তেল্ ৮। খোইরেল্ পাইগুম্ — খোইরেল্ন মায়কৈ শিন্নৃন পাইব

কাপ্, তেন্বী নোংচুনন খাম্রল্ মনোংমৈস্ন কামান্ খোঞ্জেল্ চাউ, খূদোং থিন্ কাপ্নন পোইরৈ মনোংমৈসুঙ্ কোরও তম্নোং-খোংগুম্ হুয়েল্ লাল্শোক্নরবদ ১। খাম্রল্ ২। থিংলও য়াইদ হুক্ পোইরৈ ৩। মরোং চয়্চেল্ য়াম্ন হুয়েল্ লাল্ শিনরবগি লাইরেল্ মৈতেংঙু রাংঙম্ লৈমাব লিক্লাই নোং পাখং অতেংবন তুপি ৪। কল্হও নীক্ লাইরেল্ ৫। থাঙ্-শা পান্ন ৬। য়াংগোই শাখও থোই, খূরূপ্-মল্পল্ হও ঔরা থাঙ্ ফংন খাম্রল্ মায়োক্নন ৭। টি-মেল্ ৮। লুম্থিন্ন, থাঙ্লেল্ লাম্য়ান্নন তুবি শমু খূৎন ফংন হুয়েল্ লাল্ শোক্লখিয়ে। তুবি খোইম মমায়্ লয়্দুন য়েম্চেং ৯। মনম্ মূক্তন কোরও ১০। হুমিৎ মনারোয়্ন হুয়েল্ লাল্ শোক্লবু খাম্রল্ মায়েক্ য়াম্ভম্দ্রবগি পোইরৈ অথৌলিচা হেপ্প থয়াঙ্ কোন্দাইরোন্বশিংদি তুরেল্ রায়্খূবী চা ভূগুম্বরু নিঙ্ন তে-, রাংঙম্ লোংন হন্ন পোইরৈ লাম্লোঙ্ কায়্রে লাইরেল্ মৈতেংঙুসু ১১। শেক্চুম্ পন্দাই ওইন ঙাক্ঙম্দরবগি লাইরেল্ থিংলও নিঙ্ন তেন হুয়েল্ লাম্লোঙ্ কায়্রে। ঔরা

---

১। ঔরা। ২। তুংলোম্দগি কোয়্শিন্তুন ময়াইদ থম্ব। ৩। খুরৌচেন্ব য়াম্ব। ৪। মকন্থীন শাউব। ৫। থাঙ্ন মশা ওইন হায়্বদি থাঙ্ হাইতুন। ৬। শামু, মফম্ অসিদ শগোল্ ওইন ইরি। ৭। টা। ৮। লুম্হুন থিন্নব। ৯। মমায়্ লয়্তুন চেন্ব। ১০। হুমিৎ তাবা ফাওব। ১১। পল্ থিংবগি উয়ুং

তানদব খাম্রল্ মনিল্ নাইবদি পোইরৈ তুংইন্ তান্, রাংঙম্ য়ুম্লক্ চঙ্, চক্মোম্ খাম্বী মৈগ থান তুবি য়োয়্কোন্নুং কোম্নুং অচন্বদ খাম্রল্ তেঙ্গোল্ লেপ্পবগি পোইরৈ তাম্বোঙ্ ময়ুং কুইব, রাংঙম্ লেম্খোঙ্ মপৈ পাক্প পুঙ্দি ১। ইংখোল্ ফৈরোয়্ থক্কি কয়্থেল্ জুরাই লাঙ্গুম্ মপারি নম্দ পো, মমোম্ পান্দ শম্ন খোইম নারক্ চঙ্, পামেল্ উয়া হেপ্, য়াংলও লম্দাং লৈতন ২। হাউনা ইতোল্ থিংববু খোয়্ম ময়ায়্ খায়্ন চিঙ্লেল্ নপোম্ কা, নুঙ্বী য়াশৌ নেৎ, নুঙ্কাই ফৈতোই শম্, ঈরোক্ লাইচম্ লাল্, ৩। হেম্বা মশাই-কোন্দ লোইবী হাওরক্ চঙন হুয়েল্ লান্চেন্নরে। লাইরেল্ মৈতেঙঙুদি মপোইরৈ তানদ রাংঙম্ খঙ্নদব পুন্নমন ৪। থৌবাল্ উরিৎ লোল্য়াম্বী লওকুম্ন খোইম লাংখোং চোইদানব তুগুম্ববু মপারি নম্দ পো, মমোম্ থাদ পম্ন হুয়েল্ লাল্চেন্নব ৫। খাম্বী লৈরিংদ, ৬। পুন্নুং রান্ থোংদ, ৭। তড়া চাতংদন-

---

১। ইংখোল্..........লাঙ্গুম্ = ইংখোন্ শম্বল্দ তোংব উচেক্ শঙ্গুনা মফম্ খঙ্দন কায়্বগুম্। ২। নারক্তা হাউনা ইনান হুইনা লোন্ববু। ৩। হাওখুন্দ (হেম্বা—হাও, মশাই কোন্-ময়ুম্) ৪। থৌবাল্ ......... চোইচানব মথৌ ওইন পান্ব হায়্বদি লৈব মরোল্ য়াম্ব উরিৎন ফৌ-চারম্বদগি নারক্ চঙন মফম্ খঙ্দন মাঙ্খিবগুম্।

৫। মৈ হৌদন। ৬। চাক্ য়েন্শাং থোংদন ৭। চাক্

লাল্নংব, নহাক্সুবী হক্সু হন্‌বা পুম্নমন চিঙ্লেল্ ১। য়োপোক্ কাঙম্দন নুঙবী য়াশৌনেৎঙম্দন ২। হাউনা খুরৌ য়াম্, খোইম ৩। লম্থাঙ্ য়াৎন উরী ৪। ওম্পল্ কান্ঙম্দন পামেল্ উখোঙ্ পায়্ন কোরও থোইন যেংন ৫। নোংথোইবব্ লাই-রেল্ চেংলও মিৎখিৎলবগি তুবি পায়্ম উন্‌গোয়্হু'দ নিঙ্খন্-খিয়ে। ৬। ঈপোইরৈ তাম্হোঙ্ মযুং কুইব রাংঙম্ লেম্খোঙ্ মফৈ পাক্পা অসিবু ৭। খুহুং শিঙবী মতাং তেন্দ পোইরৈ অচাউ মৈবা মুৎতন পাল্লম্ব পুঙ অসিবু ৮। ঈযু খোয়ুম লাইয়িংথৌ পোইবৈ লৈবাক্ ঙাকপ লাইশিংন খোইয়্ম্ থরা মমায় ওন্. চিঙঙু চেংঙা মনম্ মুক্‌লবগি তৌশিক্লা, তুবি চিঙঙু ঈরাইবক্ লাইবেল্ য়ান্চেং ঈতুরৈগী লম্চায় ফদববু ওইরববা ? নিংথৌ ঈহাক থক্ত পোইরৈ লৈখোঙ্ কায়্‌ববু লাল নংলরে। লাইবেল্ ঐদি চিঙ্লেল্ নাক্পক্ ওন্, থাই ঈ তৈম লাল, মকু চিঙজাউ শম, তেখাউ মপুঙ্ য়ায়, আসাম মশাইকোন্দ শান্‌পুলুখিগে হায়্ন লাইবেল মৈতেঙঙুদি পোইরৈ মপল লম্‌বু নম্দ হুন্‌ন চিঙ্লোল নাক্প ওনখি। হাযদববা ?

১। অবাংব ২। হাউনা মনান খোঙ্দ য়াম্‌ন লৌহ্নন ৩। লম্লক্কি থ'ঙ্গি মশক ওইব নাপীন ৪। অ ঙম্ব পল্। ৫। অহিং লেন্‌ববু ৬। থায়্নদগি শিঙ্বী মতাং তেন্‌ন্ন হায়রদি মতম্ কুইন পান্‌ন মৈরা চাউনা থান্নগুম্ ৭। ঈবুধৌ

# অনীশুবা পন্দুপ.

কেগে মোইরাং নিংথৌ ১। ঈরাং পুরিক্ লাই ঙাংঙোই খুঙ্নাং তেল্হৈবসুঙ্ তম্ফা মশানৌ শেন্বী মরাউ লাম্থাবীগ য়োয়্বু ২। তাল্লোয়্ তুজা হও, তয়ুম্ নাইজ হুপ্ন কেগে মপুঙ্ য়ায়্, ঙাংঙোই মপল্ লমবু নম্দ হুন্ন ৩। থোংনাং তখেল্ মনিল্ নাইব ত্রিপুরা তানদববু ইন্তাল্লগে হায়্ন ৪। লোই-জিঙ্ চিঙ্জাউ কা, মান্তক্ ৫। থয়ায়্ রোন্, ৬। তকুপ্ খানিং লোন্ব চিঙ্বু কান্ন চোং, কোইরেং লৈরূম্ লোন্বু নম্দ হুন্ন লোইবী ময়ুম্ নাক্ থারা মশাইকোন্বু য়োথরে। য়োয়্বু তম্ফা মশানৌ কেগে মোইরাং লৈম, শেন্বী মরাউ লাম্থাবী, তম্ফা ৭। মৈরা পোন্চেন্বীনচিংন য়োয়্বু চারন্তা, য়োয়হৈ খোংফাংলেংবী, থংজিঙ্ য়ুম্লেন্ ঙান্বী, চৎলম্ ফান্-শাংহেন্বী পুন্নমসুঙ্ শূমায়্ নোংলাংদ, কংলৈ ৮। য়াথোক্ত, শিঙ্জা রাইকোইদ, ৯। য়েল্লাং থৌচৎতবনিনা লোইবী চিঙঙম্

---

১। ঈ—ঈশিং, রাং—রাংম। লোক্তাক্কি রাংমদ লৈব মরম্ন মোইরাংবু ঈরাং কৌঈ। ২। মতু, নীপান ধর্ম্ম তান্ব, সেল্ তান্ব, লল্ তান্বনচিংব পুন্নমক্ত লোয়্নৈ হায়্বগি মুপীবু তাল্লোয়্ কৌই। ৩। ৪। নোংচুপ্ চিঙ্শাংবু নোংমা লোইব চিঙ্নি হায়দুন লোইজিঙ্ কৌই। ৫। ময়ায়্ খায়্ন, খা-খায়্দ লোই হাব খুল্। ৬। নিঙ্থিব, ফজব পোৎ লৈব। ৭। পাম্থোইবীগুম্ মগুণ চাউবী। মপান্ থোক্তবী ৮। শিঙ্ চন্ব চৎতবী ৯। য়েন্শাং থিব মপান্ থোক্তবী।

কাঙম্‌দ হেম্বা য়োপোক্‌ তান্‌ঙম্‌দন নূঙবী য়াশৌনেৎন চিঙ্‌লেল্‌ ফৈদোয়্‌ লাল্‌ঙম্‌দরবগি চিঙ্‌লেল্‌ লম্‌থাংমা ঈরোক্‌ লাইচম্‌মদ অরা শোন্‌খৈ নীক্‌ পামেল্‌ নম্‌ঙান থৌহ্‌ খূনেৎনন শান্থূপ্‌খিয়ে হায়্‌দবরা ? ঔরা মনিন্‌ নাইব, খাম্রল্‌ তানদবদি পোইরৈ হীজা লও রাংঙম্‌ য়াইশা খোম্ন ঈরোক্‌ হাথৈফম্‌বু পোইরৈ তাঙ জ্‌খোঙ্গুল্‌ লীন নমু মীয়াম্‌ খোম্‌লে। নহান্নুবী, হনু-হন্‌বা পূম্নমবু কাওরেল্‌ শঙ্গু হোইগুম্‌ খাম্রল্‌ শমূ মখূপাক্ত চন্‌খিরে। ঔরা মথিনাই খাম্রল্‌ মরাঙ্‌ হগুন চান ১। লাংগ নম্‌ন হুয়েল্‌ লান্‌থিখিরে। খাম্রল্‌ লাংগোই পূঙ্‌বু-রেম্‌বদি তুবি য়োয়্‌কোন্নুং অচন্‌বদ খাম্রল্‌ তোঙ্গোল্‌ িং ফায়েং নোংফাই য়াম্‌ন লৈর-বগি খাম্রল্‌ লান্‌থিশেন্‌ শেল্লম্‌ব পোইরৈ অপকমা পূম্নমদি কৌব লোক্‌নুং চঙ্‌, চিঙ্‌নুং লোক্‌ঈ থক্‌, পামেল্‌ উখা য়ুম্‌ ওইন, ২। থৌহ্‌ নম্‌ঙানন লিক্লা রাইফেল্‌ চল্‌, মপারি নাউরা অখুব থিক্‌লেল্‌ থা হুপ্‌ন মিৎয়েং নাউশুম্‌দন, খোম্‌-লেল্‌ তুম্‌গন্‌দন চক্‌মোম্‌ খাম্‌বী মৈরিংদ পুন্নুং রান্‌থোংদন তড়া চা পুক্‌ লাম্‌, পাইন ৩। খোম্‌নিঙ্‌তিং, উন্‌বী খূৎন নম্ন শাম্থূপ্‌পবু কোরও নোংলেল্‌ য়াম্‌লবগি নহা নুবী, হনু-হন্‌ব পূম্নমদি তড়া চাতংদ উন্‌বী চফম্‌ হোংন, ৪। নোংমন্‌দন খোইজিল্‌লবগি খোইম নায়োম্‌নুংদ মীকপ্নখিয়ে। খোইয়ম্‌ নোংদ্রম্‌ব করম্‌বন নোংদম্‌লক্লবনো, পোইরৈ লৈখোঙ্‌ কায়্‌ববু লান্‌নংলরে। পারি ঙাইরোয়্‌নদ, তাল্লোয়্‌ লুম্‌তিন্‌নদ চিঙ্‌-

১। নারক্‌ শিঙ্‌লক্‌-নম্‌তুন ২। নূঙ্‌ ৩। মরী তিংব ৪। শিবন

লেল্ পল্লংলা, খোইয়ম্ ১। লৈপূঙ্থোল্ অরাংব খোইম নাপীরক্, পামেল্ উখোঙ্খা অসিদ করম্ লান্নংসিবনো ? লহাল্ ২। খম্লাং পাপল্লোল্, ৩। ঈরেং পুপাল্ লোন্দস্নুঙ্ পোইরৈ লৈখোঙ্ কায়্. ন্নুংশি মখৈ লৈতন লান্নংব অস্নুম্ববু নাতারক্তে। খোইয়ম্ লাইয়িংথৌ পোইরৈ লৈবাক্ ঙাক্প লাইশিংবু কোরও নোংমদোন্ অরাংবদবু কাখিরবরা, মালেম্ লৈখরোন্ অনেম্বদবু কুম্খিরবরা ? লাইরেল্ মৈতেঙঙ্ ৪। লিল্-রাই ফাৎলও মরাম্বগি তুবি মহাক্থক্ত পোইরৈ লৈখোঙ্ কায়বদি থিংলৌ নিঙ্ন তেন রাংঙম্ অমরক্ খুল্লিংহৌএ। হৌর্জিক্ মশানৌ লোইনাই কৌব চিঙ্থংখোম্বদি পোইরৈ মপল্-লম্বু লাংগোন্দন তুবি ৫। য়াওরৈ মথূৎনেৎ খুন্গাম্ মকাই-ফম্বু নম্দ হুন্ন শেন্নী তেখাউ মপূঙ্য়ায়্বু ইত্তান্খিরে। তুবি মপাচা লাইরেল্ ৬। ময়েল্লূশিংস্নু ঔরা তোঙ্দোয়্ নিংথৌ সনা মখোঙ্খাদ নোন্ন পোইরৈ লৈবাক্ ঙাক্কে হায়্ববু পূম্ন লৈতরে। খোইম নারক্ অশোঙ্ব য়াংলৌ লম্দাং লৈতব অসিদ ৭। য়ারা পুচেং নিনঙম্ শাবল্ লাংলক্ চঙঙম্দন করম্ লান্নংখিসিবনো ? পোইরৈ লৈবাক্ ঙাক্পবু পূম্ন লৈ-তরবদি রাংঙম্ তম্দ পান্ঙম্নরোই। পোইরৈ তান্থোঙ্ ময়ুং

---

১। অরাংব চিঙ্ ২। ঈপা ঈপল্গী মরোল্ ৩। ঈপু ৪। ঈরিল্ তুরেল্গি মরিল্ ৫। য়াওরৈ·········মকাইফম্বু— কোক্নুংবু, মহাক্কি মরৈবাক্পু ৬। মপা মচাশিংস্নু ৭। খোন-

কুইব পুঙ্ অহুবু খোইম নায়োম্নন চান ১। লাংপাল্ হওনর-ঙৈনে। চিঙ্লেল্ পল্লংলা খোইয়ম্ লাইবুঙ্ থোল্ অরাংব অসিদ পারি চিঙ্দ কান করম্ পাম্ য়ান্হন্সিবনো? ঈমোম্-শিংবু হাওশম্ তুংথাংনন করম্ য়াংগোইহন্সিবনো? তড়া চাক্ লৈতবগি ২। য়াংগেল্ লৌমল্লাংদ পান্ব য়েন্ লোইবী হাও শম্ নিঙ্গোয়্ য়েপ্ হেম্বা হাওচক্ চামিয়েন্বু তড়া চাকুক ওইন করম্ নোংলেন্সিবনো? খোইয়ম্ কোরও নোংদম্ব ওন্থোক্‌য়ে। চিঙঙু নখোয়্গি নরল্কু পোইরৈ লৈবাক্ ঙাক্নববু পূন্ন লল্-কুবিরোই হায়্রবরা? নমূ ৩। মী মতোল্ তয়ূম্ নাইবোইথিবু ওইরবস্নুঙ্ খাম্রল্ লৈমাৱ সনা মখোঙ্ খাদ ৪। পুরুম্মন্গি পোইরৈ লৈবাক্ ঙাক্নওরবদি চিঙঙু নোংদম্ব খোইয়ুম্ ৫। মশুং মান্গুম্ব মহাক্নে হায়্ন পামেল্ উখোঙ্ পায়ন মী-কপ্নববু ঈরাং পুরিক লাই ঙাংঙোই হুঙ্নাং তেল্হৈদন হুংশি মখৈ লৈতন নাতারে। মশানৌ শনম্ ঙাইথিং তোন্লক্কি লোইজ্বা অম্ববু য়েংন পাও মেন্খিয়ে। শানৌ লোইজ্বা অম্বস্নু পারি লাংলেল্ সনা রাপিহন্ ঙাংঙোই য়োয়্তবুং উরা খুন্তাব নঙ্স্নু নাতা-ও, বেগে ঈপুঙ্য়ায়্বু নম্দ হুন্ন থোংনাং তখেল্ মস্তমপাক্পু ইন্তাল্লনি হায়্বস্নু ঈপল্ পলেম্ ঈমা ৬। খয়ো-

---

জেল্, হায়্নিঙ্ব হায়্ব। ১। লাং—নপী, পাল্—নপাল্ নাপীগী পান্দোং, ২। য়াংগেল্ হৌরব লৌফম্ অমন্বদ ৩। অতোন্ব মী, মীনাই নাই ওইথিব মীবু ওইরবস্নু ৪। খুরুম্জরগ পান্দিরক্পগী ৫। মহাক্মক্কি হায়্ন ৬। খুমন্ চহু

য়্রোন্ লোইয়ম্ব চহুবু হহু ময়াই কারে, চিঙ্লেল্ য়ৌপোক্ কাঙম্লরোই। তখেল্ লম্ন তাম্য়ে। নহা হুবী হহু হন্বা পূম্নমবু পুঙম্দন ১। য়াংলও লম্তূপ্ খুদিঙ্দ খাইনরগনি। তম্ফা ঈশানৌ য়োয়্বু মৈরা পোন্জেন্বীসুঙ্ শুমায়্ নোংলাংদ কংলৈ য়াথোক্তন মালং হুংশিৎ লাংদবীনে। ঈতাইরেম্ য়োয়্হৈ লুম্লাং অপাম্বীশিং অসিসুঙ্ পনম্ চৎথোক্তবী মশেল্ ওইবন তখেল্ তম্দ কুম্ন আগরতলা মপূঙ্ য়ায়্বু য়ৌঙম্লরোই। কেগে ঈপূঙ্ য়ায়্ ২। লৈ তরেৎ ঈকাইফম্বু থংজিঙ্ ৩। কোয়্রেল্ লাই, মোইরাং কশারেল্ নামুংবন য়াইফ মথোই কাববু লন্কুবিসুনো। কেগে তম্দ তা মোইরাং তম্দ কুম্ন ঔরা তোঙ্দোয়্ নিংথৌগি সনা মখোঙ্ খাবু পুরুম্লুরসি। খাম্রল্ টিমেল্ মখূৎশূ থৌবোম্ লাংনা পানগুম্ববু ৪। শো কিরগহুসি, লাংগোই মাইফংশাববু শোংকাংলগহুসি। লাল্ফম্ তম্থিব থংজি উপীতড়া মৈগুম্ খাম্বী মৈশা লাফদরিঙৈ অসিদ মরোঙ্ চুঙ্ শূদ টিমেল্ টাশূদন চিঙঙু ৫। লাইবক্ চূঙ্ ওইন শরা তুরৈ টা ওইনন শানৌ সনা, ৬। খোম্ মতোন্ ঈবিঙাদি খাম্রল্ লান্ফম্ মরক্ চঙ্ন ঔরা তোঙ্দোয়্ নিংথৌবু ইন্তাল্লুসি। পারি সনা রাপিহল্ ঙাংঙোই উরা খুত্তাব নঙ্গ নশাবি পারি উরা কোঙ্য়ামবগ নশানৌ মশেম্বগ পারি নচিননাও অহুম্মদি ৬। নয়ু

---

১। লম্বী ২। লৈকাই ৭ ন তিন্ব, লৈমরোল্ ৭ ন লৈব। ৩। লাই পূম্নমক্ন কোয়্ন লৈব অথোইব লাই ৪। কিহুন ঈতু চুংলগহুসি। ৫। চূঙ্ টান মীন থরায়্ কন্নবগুম্ ঈরাইবক্ন তম্বন চূঙ্ ওইরগ লাইন তম্বন টা ওইন ৭। ঐনা

পলেম্ ঈমা খয়োয়্রোল্ লোইয়ম্ব চহুগ শানৌ ১। তম্ফা রাংঙম্লোন্ পলেম্ নমা কেগে মোইরাং লৈমগ য়োয়্হৈ ২। লুম্-লাং অপাম্বী পলেম্ নমা অখূবীশিংগ কেগে ঈপূঙ্ য়ায়্গি নহা হুবী হহু হন্বা পূম্নমগ চিঙ্লেল্ লম্খাঙ্ম অসিদ ৩। লোক্ লৌ শান কোন্হুন শাম্থু্প্ ঙাম্ও। নয়ু খোইয়ুম্ লাইনিংথৌন লল্কুবিসুনো। নপল্ পন্থৌ নিংথৌ ঐদি লান্ফম্ মৈশা লাংববু শোংকিদন পোইরৈ তন্দ তা কেগে তম্দ কূম্ন লান্ফম্ চয়্রক্ চঙ্খিরগে হায়্ন রা তানরবদ মশানৌ সনা খোম্ মতোন্ অতোল্লক্কি লোইজা তম্ব মন্ত্রী ঙাংঙোই লৈবাক্ কোইব ৪। পায়্ম ৫। লিন্ন ঙন্ব, ৬। মকোই পাউনিঙ্শিংবন শমু চাংজৌ চেপ্ন লোন্ন রাকৎচখিয়ে। ময়ুম্ কেগে লৈমাব ঙাংঙোই মপু নিংথৌ-ও, খাম্রল্ ৭। মথি নাই লান্ফম্ মরাঙ্ হওরিয়ে। ৮। চান লাকাতোন্ অকংববু চক্মোম্ মৈরি হুংদ হুন্জিন্ব তুগুম্ববু লম্ওক্করুগনে। খাম্রল্ লৈমাব ঔরা তোঙ্ দোয়্ নিংথৌ সনা মখোঙ্খাদ নদাইরেম্ অথৌ লিচা হেপ্পশিংবু থৌশিখিসি। শাবি পায়্ম ৯। উন্গোর্হুংবু নিংথৌ উন্বী

---

থক্প খোম্গি মতোল্ থক্প হায়্বদি ঐগী খোম্ খাক্ থক্প ঈ নাও ৭। নবেল্ধৌ ১। নিংথৌগি মচা হুপী অহল্ ১। পান্নব হুপী ৩। লোকুন ময়ায়্দ লৈরগ নাপোম্ন নক্ য়েৎত লৈব অতুগুম্ন কোন্নুন ৪। পূক্লিঙ, রাখল্ ৫। থম্মোইদ রাখল্ অরুব লৈবে। ৬। পণ্ডিত ৭। ঈরাং হওরিব ৮। চান ···· তুগুমবদু-চানরব অকংব লাতোন্বু মৈরি থোক্লিব মৈহুংদ হুন্জিনবদ মফম্ খঙদন চাক্থোক্পা অদুগুম্ন* ৯। থম্মোই সুংবু

পূ খ্রিঙ্‌ পঙ্‌ন কায়্‌হিগুনো হায়্‌ন ব্লাকৎখোন্‌গি কেগে নিংথৌন পাওমেল্‌লক্‌য়ে। শানৌ কেল্লোয়্‌ নয়াথং অসিবু ব্লা চানগে। ঈদাইরেম্‌ নোংচূপ্‌ লৈময়ায়্‌গি বৈশ শাগেরেন্‌দ ১। নাউচিব তয়ুম্‌ লক্ষ্মীনারায়ন পায়্‌ম ২। লিন্‌দাংশাংব নঙ্‌গ লোইয়ম্‌ ব্লাংঙম্‌ নহা শোর সাপম্‌ চা নঙ্‌গ তয়ুম্‌ নবিঙঙাদি খাম্রল্‌ লাংগোই পুঙ্‌ব্রুরেম্‌ব খাম্রল্‌ মাইফং শাবু ইন্তান্‌খি-ও। ঔরা তোঙ্‌দোয়্‌ নিংথৌদ হায়্‌রু ও, কেগে লৈখোঙ্‌ কায়্‌রে, পোইরৈ লৈবাক্‌ তাকুলে লাল্‌ফম্‌ মায়োক্‌ য়াঙম্‌দন হুয়েল্‌ লাল্‌চেন্নরে। খোইম নারক্‌ চঙ্‌, চিঙ্‌লেল্‌ য়ৌপোক্‌ কা, নূঙ্‌বী য়াশৌ নেৎন ৩। লোইবী হাওরক্‌ চঙন ৪। হেম্বা মশাইকোন্দ কৌব লোক্‌য়ী থকন ৫। নোংথোইঙম্ররোই। ঈমোম্‌ ব্লাংঙম্‌লোন্‌বু সনা মখোঙ্‌ খাদ কৎচগে, খাম্রল্‌ লাল্‌হও খোল্‌ চকমোম্‌ খাম্‌বী মৈ হয়্‌থববু থৌখাম্‌বি-ও, নিংথৌ থাঙ্‌লেল্‌ নখূৎ শুবু চয়্‌রৎপিও হায়্‌ন ব্লাকৎলু-ও। ঈয়ু খেয়ুম্‌ লাইরিথৌ থংজিঙ্‌ কোয়্‌রেল্‌ লাইনস্থঙ্‌ য়োন্দন লন্‌কুবিসুনো। তয়ুম্‌ নবিঙঙাবু হয়েং ৬। নরাল্‌ ৭। শিঙ্‌জা কোন্‌খিন্‌ব তয়ুম্‌ নাইশিববু য়োন্‌দন ৮। লন্‌কুবিগে হায়্‌ন বর মালা লিক্‌ অচেৎপবু শমু খুংশিন্‌নন ব্রাহমলে। মদাইরেম্‌ অনীমদি নিংথৌ সনা ময়াথংবু ৯। তাঙ্‌জ লুদ থোংন লাল্‌ফম্‌ মরক্‌ চঙ্‌, লাংগোই মাইফংশাববু শোংকিদন ঔরা লাল্‌লক্‌ চঙ্‌খরে। ঔরা তোঙ্‌দোয়্‌ নিংথৌ খাম্রল্‌ লৈমাব

---

১। নাউ পুব হায়বদি পোকপ ২। রাখল্‌ শাংন উব ৩। হাও, লোইপীব ৪। হাও ৫। লেন্‌ব ঙম্ররোই ৬। নয়ুম্‌ ৭। শিঙ্‌গয় ৮। পীনবিগে ৯। কোক্‌

নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ ১। মান্বী থূৎতপ্ন ২। মূক্মু লৈতোল্ কোন্ন ৩। চাংজো চেপ্ন লোন্ন পুরুম্লবগ কেগে পুরিক্ লাই রাঙম্ লৈমাবগি সনাময়াথংবু য়াথং লুদ থোংন লাইরিক্ খুদোল্ কৎন রাকৎচখি। খাম্রল্ মপূঙ্ য়ায়্গি সনা লৈকোয় ফম্ব, নোংপোক্ লৈময়ায়্দ রাঙম্ব ঈবুংঙো তা-ও, নিংথৌ সনা নখোঙ্খাদ কেগে ঈনিংথৌন থৌশিরক্য়ে। লাঙ্-ফম্ মায়োক্ য়াঙন্দরবগি কেগে ঈপূঙ্ তাক্, পোইরৈ লৈখোঙ্ কায়্রে। ৪। খোইয়া মহুম্ চাইগুম্লবগি নহা-হুবী-হনু-হনব পূন্নম্বু খোইম নারক্ চঙ্, পামেল্ উখা য়ুপ্ ওইনন কৌব লোকয়ী থক্. চিংতুং উনা চান নোং লেললে.। তড়া চাতংদ পূন্নুং য়ান্ থোংনরবগি লরায়্ পুচেং নিন্ঙম্দ ৫। শাবল্ লাংলক্ চঙ্ঙম্দরে। থাঙ্লেল্ নখূংশূবু চয়্রৎপিয়ো, টিমেন্ নহুংচঙ্বু হল্রাইবিও। নমাইরেম্ খাম্রল্ লানমী অথৌবশিংবু তাঙ্জ খোঙ্গুল্ লীন ঈরোক্ ৬। হাথয়্ব ফংহন্বিগুনো। মমোম্ ঈরাং লোনবু নিংথৌ সনা নখোঙ্খাদ কৎলগে হায়্ন পাওমেনজরক্য়ে। অসুম্ রাকৎলবদ ঔরা তোঙ্দোয়্ নিংথৌ খাম্রল্ লৈমাবন রাহম্লক্য়ে। কেগে মোইরাং নিংথৌ মদাইরেম্ তয়ুম্ নবিঙঙাদি ৭। নরাল্ য়াঙ্ন ৮। ওস্তেখি-ও, নবুঙো

---

১। শল্ অমোম্গুম তেন ২। রাঙাঙ্ খূদিঙ্দ ৩। হক্চাং ৪। খোইয়াম্গী মহুম্ কায়রবদ খোইয়াম্ন চাইহুন মীতান্নবগুম্ নহাক্কি তেঙ্গোল্না চাইহুন তান্নরবদ ৫। য়াঙ্দোঙ্, লমহাং লমদোঙ্; ৬। হাইজিনহুন লোৎপ ৬। নয়ুম্ ৮। হনথ্রো

কেগে লৈমাবদ পাওমেল্‌লুও। ইদাইরেম্‌ খাম্রল্‌ মশিঙ্‌ থীঙমদব, ১। লাংগোই পুঙ্‌বুরেম্‌ব কামান ২। মাইফং শাব পুম্নমবু রাংঙম্‌ তাঙ্‌জ খোঙ্গুল্‌ লীন হুয়েল্‌ লাল্‌থিহল্‌লরোই। খোংফে চিরোল্‌ চন্‌গুম্‌ চয়্‌রৎহল্‌লগে। কেগে ননিংথৌবু ৩। চেংলৌ থুন শক্‌উনসি হায়্‌রুও হায়ন থৌশিথোক্‌লক্‌লে। মতাইরেম্‌ অনীমন কেগে লৈমাব ঙাংঙোই ৪। পোংলেল্‌হন্‌ব নুঙ্‌নাং তেল্‌-হৈব সনা মখোঙ্‌খাদ ঔরা তোঙ্‌দোয়্‌ নিংথৌগি সনা ময়াথংবু থাক্‌তন ৫। মান্‌নী খুৎতপ্‌ন ৬। মুক্‌মু লৈতোল্‌ কোন্‌ন রাকৎখিয়ে। কেগে ঈনিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেন্‌হন্‌ব--ও, নতাইরেম্‌ ঈবিঙঙান নিংথৌ সনা নয়াথংবু তাঙ্‌জ লুদ থোংন খাম্রল্‌ তেঙ্গোল্‌ মরক্‌ চঙ্‌ন নিংথৌ সনা মখোঙ্‌ খাদ রাকৎ-লুববু লাংগোই শামাব ঔরা তোঙ্‌দোই নিংথৌ থৌজাল্‌ মায়োক্নন ৭। য়াথং চিঙ্‌শাং খোইরেল্‌ হীগুম্‌ কেগে ঈনিংথৌ নহাক্‌পু থুন চেংলৌ শক্‌উনসি হায়্‌রক্‌য়ে। কেগে পুরিক্লাই ৮। অতেংব ঙাংঙোই খোক্‌খে পান্‌চুম্‌বন মতাইরেম্‌ অনীমগি কোল্লোয়্‌ ময়াথংবু নাতারবগ মনোম্‌ ঈরাংলোল্‌ শ্রীশম্‌জ মনি অহেন্বীবু ৯। ফৈরা তান্দ থোং শম্‌লাং তোন্‌গ নান্‌ন রাহম্‌খিয়ে।

---

১। পুঙ্‌গুম্‌ লেঙ্‌দব শগোল--শামু ২। মায়্‌য়োক্‌ ওইব ৩। শক্‌ ৪। মী মরক্তগি অথোইব ৫। নোল্ল্‌কপ উৎতুন ৬। অকম্ব রা য়াওদন, রা অথোৎপতন ৭। তাক্‌পিরক্‌প রাঙাঙ্‌ন চিঙ্‌শাংদ শাব খোইরেল্‌ খোইহিগুম্‌ থুমন হায়্‌বদি থোংন নৌন ঙাঙ্‌ব রাহয়্‌ন। ৮। অথোইব ৯। অহল্‌ লমল্‌ খঙ্‌দন হায়্‌ন

ঈমোম্ ঈৱাংলোল্ নাউৱা অহেন্বী নঙ্বু নপল্ নিংথৌ এন কেগে থুন্থক্ লাল্ মোইরাং খুনথা কেন্ন ঈৱাং ১। লোল্ হাইনন ২। নউকল্ পামেল্ ৩। উরাই হক্লবশিংদ ৪। কাউজনবিদে হায়্ন ৱা ওইগনু। তাইবঙ্ নমু পোং ওইবদি খোইযুম্ নোংদম্ মখা পোন্বনি। অতুন ৫। তাইবঙ্ শমু ঈথৌরাঙ্ন অমনি, খোয়ুম্ নোংদম্ খোন্ন অমনি। তাইবঙ্ নমু পোংওইব এখোয়্ন ইতোম্ নিঙ্ব তৌঙম্দে। ঈমোম্ চিঙঙ্ নরাইবক্ পলেম্ ৬। ঈমু শিল্ য়োম্নুং নপল্ ৱাংঙম্ ৭। নাক্লৌ ফিয়ান্-নোংগিবু লম্জাইফদবনরিঙৈনে। খোয়ুম্ লাইগি খুৎশেম্দ অমগি ফনব অমা শেন্বনি। তাইবঙ্ থরায় অপুম্ববু খোয়ুম্ লাংওল্ শং-শংবনি খন্ন শংলৌ মখোয়্গি ফনব থৌরাঙ্লিব-শিংদি খোয়ুম্ লাইপোক্ শং-শংব মহাক্নে। ঈমোম্ ঈৱাংলোন্ নহাক্পু চিঙঙ্ মথৌথাবু ইন্ন ঔৱা তোঙ্দোয়্মনিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ য়াংগোইরু ও। নপল্ পন্থৌ নিংথৌ এগি চিঙ্গোয় ঈয়াথংবু হেন্দোক্লুনো হায়্ন পোম্বী তুগুম্ববু চিল্লোক্নন ৱাহম্লবদ শ্রীশমজ মনি অহেন্বীন পাউম্খিয়ে। কেগে লৈমাব, ঙাংঙোই লৈকোয় মপু—ও, ৮। কোরও নোংন ৱাংবরা পন্থৌ ঈপান মৱাংই, মালেম্ লৈন লূমবরা পলেম্ ঈনান মলূম্ই;

---

শিঙ্নহুন ২। লোগে লৈগে হায়্নব ৩। ৱাশক্ ৱারেপ্পথ্রব ৪। থাজবিদে ৫। তাইবঙ্ শমু······খোন্ন অমনি = মীওইবন শিন্বগ লাইন তম্বগ তিন্নদে। ৬। নাউয়োম্ ৭। মীরোনঙৈ ৮। মপা মমাগি মগুণদি স্বর্গমক্নস্থ মপাগি মগুণবু হেন্‌ব,

নিংথৌ মালেম্ লৈবাক্ মপুগি কোল্লোয়্ নয়াথংদি মালেম্ লৈদসু তাফদে, কোরও নোংদসু কাফদে, তাঙজে লুদ থোংনে হোয়্য়াঙ্গনে। পন্থৌ সনা নয়াথং মতুং ইন্‌ন নমোম ঈরাংলোন্ ঐসুঙ্ পোইরৈ লৈখোঙ্ কায়্, কেগে মপুঙ্ তাক্‌ন লান্‌-নংব অসিবু নমোম্ ঈথৌদাংন কোক্কনি হায়্‌রবদি ঔরা মশাই-কোন্‌দ য়াংগোইজরুগে।

মমোম্ কোল্লোয়্ মপাউ খোন্‌বু নাতারবদ কেগে পুরিক্ লাই ঙাংঙোই হুঙ্‌নাং তেলহৈবদি মশানৌ সনা খোম্মদোন্ অতোন্‌বী পায়স লিন্‌ন ঙান্‌বীবু ঙাইরোন্‌ন ময়ু খোইমোম্ লাইয়িংথৌ য়াইবী পাল্‌লোই তান্‌ব চিঙ্‌লেল্ মকাইফম্ ল্লোইবী ময়ূম্ নাক্, কোয়্‌রেং লৈরুম্ লোন্‌গি কেগে তম্‌দ তা, মোইরাং তম্‌দ কূম্, থোংলম্ লম্‌শাং ইন্ লাল্ লোই ময়ায়্ খায়্‌ন খাম্রল্ তেঙ্গোল্ মনিল্ নাইব ১। পূন্থং ২। তংগল্ লারোল্ য়াম্‌গুম্‌ববু লাল্‌ফম্ ময়ায়্ খায়্‌ন ঔরা তেঙ্গোল্ লেল্ তুবী য়োয়্‌কোন্‌হুংবু ইন্তাল্লক্‌লে। খাম্রল্ লৈমাব সনা মখোঙ্ খাদ রাইথুংলবগ কেগে লৈমাব ঙাংঙোই খোক্‌খৈ পান্‌চুম্‌বন রাকৎচখিএ। খাম্রল্ সনা লৈকোয়্ ফম্ব নোংপোক্ লৈময়ায়্‌দ ৩। রাঙম্ব নিংথৌ য়াইফব ৪। নতিক্ লাইজ ঈরেন্ পূঙ্‌গুম্‌ব নঙ্‌গি হুয়েল্ লাল্‌হৌখোন্‌বু মালেম্ লৈবু খোন্‌ব-নিংগিনা লাল্‌ফম্ মায়োক্ য়াঙম্‌দরে। নতাইরেম্ টিমেল্

পলেমগি মগুর্ণদগি পৃথি মাতাগি মগুণন হেন্‌ব ঙমদে।

১। লাং ২। টাঙ্গা ৩। রায়েন্‌ব ৪। ঈসিং ঈরেন্‌বুঙ্‌ন

নঙ্গি টাশেল্ খাক্ কেগে লাল্চেল্ অচোইব, পোইরৈ লাল্-চেল্ মরেম্ খাক্ খোইম নারোল্ চঙ্ন য়াওরও ১। শাঙেল্ ২। লাম্বী চাগুম্ ৩। খোইম ৪। লুগ থুপ্ন শাম্বুপ্রশিংবু, ৫। চেক্লা উরিৎ লোন্য়াম্বী চা য়াংব চোইতানববু তুগচুং, চক্মোম্ খাম্বী লম্শা তুগুম্ববু শোংগ কাঙ্ন শোংকিরে। থরায় মিরেল্ পাইন রাংঙম্ মিরেল্ নোংদ কারববু নিংথৌ নথৌজানন ঙাক্পিরো হায়্ন রাকৎলবদ খাম্রল্ লৈমাব ঔরা তোঙ্দোই নিংথৌন রাহম্লক্এ। কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাব নঙ্দি পায়্ম করম্ লিন্ন ঙান্বনো? হুয়েল্ ঐগি লালহৌখোল্ চক্মোম্ খাম্বী মৈনোংখোংগুম্ববু ঙাক্-ঙম্লরোই হায়্বগি লাল্ফম্ মতিক্ থঙ্বনিগিন খাম্রল্ লাং-গোই মাইফম্ শাববু শোংকিহ্নন তাঙ্জ ঙাইখঙ্নব ৬। মকোই নঙ্গি পাউনিঙ্শিংব নমু থরায় মীয়াম্ ঙাক্কে হায়্বগি কেগে নপূঙ্য়ায়্গি রাংঙম্ ৭। মিরেল্ নোংদ কাবন শোংকিন-রবশিংবু লাংগোন্গে হায়্বগি ৮। লাল্ফম্ লাংগুম্ব অসিদ ৯। চক্মোম্ মায়োক্নন ১০। খাম্বী মৈন্থুং চঙ্বগুম্

---

শুক্ন কিনবগুম্ নহাক্কি তোৌব ঙম্ব অসিস্থ অত্থনি। ১। শজি ২। শজি মচাগুম্ ৩। নারক্ ৪। মকোক্ লোৎত্নন ৫। চেক্লা… …শোংকিরে = চোইন তাব করিস্থ লৈতব উরিৎ ফাওব মতু চুংনরে, অত্থগ লম্মৈ চাক্পদ নংলব লম্শান মমিৎ মনা থক্ন কিবগুম্ কিনরে। ৬। মকোই পাউনিঙ্শিংব = পণ্ডিত। ৭। থরায় ৮। লাংগি মশক্ ওইব লাল্ফম ৯। মৈ ১০। মৈ

১। লাংগোই লৈরেম্ কাওন শমু মাঙ্দ থান তাল্লক্পবু মপল্ লাংগোই লৈরাম্বী চা ২। মোইশায়া য়াপান্‌ববু শমু শারক্ তান্ন চেন্‌চিল্লক্পগুম্ ৩। টিমেল্ ঐগি মাইফং শাববু শোংকাংদন নিংথৌ সনা ঈথোঙ্ থাবু ৪। ইন্তাল্লক্‌লে। চক্-মোম্ ৫। মৈরি ন্নুংদগি মালেম্ লৈসনা অঙাঙ্‌ববু খঙ্জব ৬ গুম্ববু নিংথৌ ঐগি ইরন্‌কুবু লল্‌কুরম্‌গে। কেগে নাদ থেৎ, পোইরৈ শিংদ পক্ক শাস্থ্রপ্রশিংবু শোংকিহল্লগুনো। কেগে নপূঙ্ লেপ্ন পোইরৈ লৈবাক্ ঙাক্‌লোরো। নিংথৌ ৬। কোলোয়্ নমি‌থোংসুঙ্ কেগে মোইরাং নিংথৌ ৭। শ্রীচৌওম্ব কোন মিংথোন্‌নরৌও হায়্ন মালেম্ লৈসনা অঙাঙ্‌বগি চোইনৌ সনা কোন্‌পাক্ত নিংথৌ কোলোয়্ মিংলেল্ ইন লন্‌কুবিরে হায়্দ-বরা ? ঔরা তোঙ্দোই নিংথৌন অনৌব রাহম্‌লক্‌য়ে। কেগে মোইরাং নিংথৌ, ঙাংঙোই লৈমাব-ও, ঐদি ৮। থিংলৌ নিঙ্ন তেন লাল্‌ফম্ মায়্‌ওল্লগে। নমোম্ ৯। ঈরাংলোন্‌বু পাও কৌহল্‌লো হায়্ন রাহম্‌লবগ খাম্রল্ লাংগোই পূঙ্বু রেম্ব,

---

১। শগোল্ ২। শগোল্ অপাইব ৩। টা ৪। য়ৌনব লাক্‌লে। ৫। লৈন্নুংদগি ফংব সনান মৈদ ইক্লগ (ফূদোংলগ) অশেংব মশক ওইরব অফব সনা ফংবগুম্‌ন লান্‌নুং অসিগি মরক্ত লাক্কূন নিংথৌ ঐগি থৌজাল্ অফব পিরম্‌লগে।
৬। মিং, রাহয়্, মপাউ ৭। ঔরা নিংথৌন থোন্‌ব খেলেম্‌বগি মমিং, (চৌ = অচৌব, মগুণ লৈব ওম্ব কোন্‌ব) ৮। থিংলৌ-তুংলোমদ, থিংলৌ নিঙ্ন, তেন = হন্‌ব ৯। শিজ্জ শম্জ মনিবু

পূন্নমন হুংশি ১থৈ লৈতন পিরেল্‌ খক্‌মদন রাহম্‌খিয়ে। কেগে পুরিক্লাই ঙাংঙোই কোরও ঈনোংথৌ মোইরাং লৈকোয়্‌ ফম্বগি মমোম্‌ ইবেম্ম ঈরাংলোল্‌ অহেন্‌বী নঙ্‌বু নপল্‌ ঈখোয়্‌ন, ঈমোম্‌ চেংলও শক্‌উনররোই। ঈমোম্‌ ১। চেংলও য়েংবস্থু চিঙ্‌নখল্‌, লাম্‌বস্থু শানা তেল্‌লঙৈনে হায়ন হুংশি পাও-মেন্‌নরে। মমোম্‌ ঈরাংলোল্‌ শম্‌জমনি অহেন্‌বীন পলেম্‌ শিন্‌বী চেংলও চিংন য়েং, য়াথং হীক্‌ হায়্‌নন পাউখুম্‌লক্‌য়ে। ঈপল্‌ পলেম্‌ লেংন তিন্‌বীও, নমোম্‌ ঈশুংলাংগিদমক্ত চিঙুঙ নোংদম্‌বদ ২। লঙ্‌জ রান তেংথানব তৌগুনে তাইবঙ্‌ ৩। পোং ওইব ঈখোয়্‌ন ৪। তাইবঙ্‌ মালংপান্‌দ লাক্‌-পদি য়াওরা লল্‌য়াম্‌ লোইগে নমু মীকোক্‌ থোংন পান্‌গে হায়্‌ন লাক্‌নদে। খোয়ম্‌ নোংদম্‌বন নোংদম্‌লক্‌পদি চিঙুঙ মহুৎ শিন্‌ন অরা লৈথৈ তারবশিংগি থৌরৈ তেম্বাংলুও, পোক্লকম্‌ পলেম্‌ লম্‌দম্‌গি য়োয়্‌না থৌগল্‌ তৌন মালেম্‌ তাইবঙ্‌ পান্‌দ লাই ওইরু হায়ন থৌশিরক্‌পনে। চিঙুঙ মাগি মথৌথাবু নম্মুক্‌নফদবন খোয়ম্‌ নোংদম্‌ মতুংইন্‌ন কেগে ঈরৈপুঙ্‌,

১। চেংলও ·· ··· তেল্‌লঙৈনে চিঙ্‌লোন্‌ ময়াম্‌ন খন্‌খিবন উনব ঙম্‌খ্ররোই, লম্‌ন থাপ্প মরম্‌ন চংথোক চঙ্‌শিন্‌ ঙম্‌দবন খূৎনলাম্‌ব ফংদব পোৎ কুম্‌ তাম্নখ্রগনি।

২। লাইদ মরাল্‌ পীতুন হায়্‌বিগস্থু ৩। মী ওইব, (পোং লৈবাক্‌ত পোক্‌প মী) ৪। হুংশিংন কোয়্‌ব লৈপাক্‌ অসিদ (তাইবঙ্‌ লান্‌দ পোক্লিব অসি লল্‌ লোইগে, মীকোক্‌থোংন

পোইরৈ লৈমথোন বু অর হ্‌য়রাং শোন্, হুয়েন্ লামজেল্ নোংগি অরা লৈথৈ ভাবর লাংগোন্‌নব পন্থৌ সনা ময়াথংবু তাঙ্‌জ লুদ থোংন থাম্‌ল্ মপুঙ্ য়ায়দ য়াংপোইরুগে। নমোম্ ঈশুংলাংগি থ্‌দাং পিকম্ তয়ন্ নীকপ্লগুনো।

থাম্‌ল্ লৈমাব, ঔরা তোঙ্‌দোয়্ নিংথৌদ কাওজনরবী মমোম্ ঈরাংলোল্ শিজ শম্‌জমনি শক্‌হেন্‌বীগিদমক্‌পু ১। মদু নিংথৌ মশাবি, বেগে পুরিক্‌লাই মচা ২ লাংলেল্ সনা রাপিহল্ ভাংথোই থোয়্‌দবুং উরা থুম্বাবন অওঙ্—অউলতম্ তুয়ম্ মাইরেপ্ মশিঙ্ থীন শংলৌ ঙম্‌ভম্‌লা, তওং-তমং মশিঙ্ চাম হুন লাঙ্, থোংবী মশিঙ্ কায়্‌দন শংলৌ ঙম্‌ভম্ লা, য়েল্‌লাং থোরাঙ্ লোইরবদ মমোম্ ঈরাংলেল্ শিঙলেল্ কেতুকী লৈমুংশিঙম্‌বীন ৩। রাহম্‌লকয়ে। ঈপম্ পলেম্ ঈমা রাংঙম্‌লোম্ বেগে লৈমাবী ৩, ৪। ঈচু নিংথৌ লাংলেল্ সনা রাপিহলঙ্, পলেম্ ঈমা য়োম্‌বু থংজিঙ্ য়ুমলেন্ ভাম্‌বী, য়োম্‌হৈ ৫। চংলম্ কান্‌শাং হেমী নথোম্ পুম্নমক্

---

পাম্‌গে হায়্‌ন লাক্‌প নত্তে। অরাব ভারব মী-অমশুং মরৈবাক্‌কি সেবা তৌহুন লাইঙম্‌ন লৈনব থারবপনি) ১। মবুং মপুরা ২। লাংলেল্—লাং মরক্তগি হায়্‌বদি মমা মপাদ য়েৎপ লাংগি মরক্তগি অথোইব। রাসিগি মরম্‌দ মৈতৈন হায়বৈ—"মতু থিরে কোর থারে, মচা পোক্‌লে য়োৎহিং চলে" ৩। রা হায়্‌রক্‌লে। ৪। ঈবুং ঈপুরা ৫। নিংথৌন ঈমুংদ চংথোক্ চংশিন তৌবদ

নমোম্ ঐদি ঈপন্ নখোরবু চেংলও শক্উজা, ঈদু নিংথৌ শনম্ ভাইথিংভোন্ ১। লাংগোই শয়াঙ্ থজ্ সনা খোংথৈ মরোল্ য়াম্বশিংশুঙ্ শাংৌ ঈরাংলোল্ সনা কোন্থৈ মরোল্ য়াম্বী পুন্নমবু পুন্নং লম্খঙ্দন শেনবী লোল্খঙ্নদন খামল্ লোন্তিন্নদব নেংপোক্ লৈমরাষ্ অত্যাম্বদ নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ য়াংগোইক্রৈঙেন হায়্ন মুংশি পাওমেন্নরবগ মমায়্ হাওরে নোংচুপ্ পাংন শমু চাংজৌ চেপ্ন লোন্ন ২। ময়ু খোইমোম্ লাইয়িংথৌ কেগে শাংমব থংজিঙ্ লাইমরুবু চিঙ্লেল্ সনা মকাইফম্বু য়েংন মানবী খুংতপ্ন মুক্মু লৈত্তোল্ কোন্ন ৩। পুরুম্লবগ লোইবী কোইরেং লৈব্দম্ লোন্গি লম্হওরকলে। কেগে তম্দ তা, মোইরাং তম্দ কুম্রকলে। ৪। হাওব য়াং-গোই পাদম্ব শোয়্শেল্ রাইবু থৈন শমু, নোংয়ায়্ লৈকোয়্পুঙ্দ মপল্ নিংথৌ ঙাংঙোই নুঙ্নাং তেল্হৈব সনা মখোঙ্ খাদ রাইথুংলুরে। মমোম্ শিজ শম্জুরেম্বী শক্হেন্বী ৫। লৈতাঙ্ থরো মান্বীন মানবি খুতপ্ন ৬। চাংজৌ চেপন্ লোনন ৭। মালেম্ লৈদ পক্ন পুরুম্লবগ কেগে লৈবাবন রাহম্লকয়ে। ঈমোম্ লাংলেল্ ঈবেম্ম, শিজ শমজুরেম্বী অহেন্বী নঙ্বু মপল্ পন্থৌ নিংথৌ এন ওরা তোঙ্দাই নিংথৌ সনা

---

থৌগল্লিবী ১। শগোল্ (লাইরেম্মনা লাংগোয়্ চনত্রন কাই হায়্রগি লাংগোই কৌথি)। ২। মবুথৌ ৩। থুরুম্লবগ ৪। হাও নিপা। ৫। লৈতাঙ্দ শাংপ থরোগুম্ ককু-ঈ-ঈরাং থাংদবী হায়্বদি মশাদ ছিন্ন লৈতন শজবী ৬। হকচাং ৭। লৈপাক

মখোঙ্ খাদ ১। কাওজনবনি পোইরৈ লৈমগোন্গি সনা ফম্বাল্ ফম্ন পোইরৈ খুন্নিংথৌবু ওইগে হায়্বগি মস্তে। নমান্ নিংথৌ লাই ওইবন পোইরৈ সনা মরৈবাক্পু নমদ হন্ন তেথাউ শেন্বী পুং যৌগ্রবদ পোইরৈ লৈথোঙ্ কায়্বগি হয়েন্ লান্চেন্ব, খোইম নারক্ চঙ্ব খাম্বপ্র, তপ্রা উখোঙ্ খাদ য়ুম্ ওইব, অহিং খাম্বী মৈহৌদ, সুংখিদ পুঙং চা খোংদন ভড়া চা ফংদবগি য্রাইবী থরাম্ মাঙ্লিব নম্ মীয়াম্ কনসি, ২। নয়ু পলেম্ অপোক্পীন অহল্ মতম্ ওই, ৩। লাংহৈ কুম্শিঙ্ য়াম্লবগি ৪। দারি মাল্লৈ কাবদ লোইবী চিঙ্জাউ কাগুম্লবগি হয়েল্ লাল্জেন্ ঙম্দন পোইবী চিঙ্গি লোক্চপ্ত ৫। অমন-য়াইগোঙ্ কুম্ব তাবগ নমান্ নিংথৌগি সনা মরৈবাক্ ভারুব কাওজনবনি।

পন্থৌ মপা। অপোকপ ঈরাং পুরিকলাইন অসুম্ পাওমেল্লবদ মমোম্ ঈরাংলোল শম্জমনি অচেন্নীন মান্বি খৃৎতপ্ন। চাংজো চেপ্ন লোন্ব রাকৎচরক্এ। পন্থৌ লাইজ ৮। ঈ হুন্বিব ভাঙ্জ ঈকোক্থক্কি খোয়ম্লাই ওইনব নহাক্কি সনা ময়াথংবু

---

পক্ন ১। থাজবদি (লুহোঙ্বিবদি) ২। নবেন্থৌ, নপুথৌ ৩। চহী ৪। দারি মাল্লৈ......কাগুম্লবগি—কঁরিশু লৈত্রব অনেম্ব দারি কাবদ মপাঙ্গল্ শোল্লব অহন্দদি অরাংব অচৌব চিঙ্ কাবগুম্ রারবনি। দারি মৈতৈ লোল্। মাল্লৈ— মোঈরাংলোন্ ৫। শিব ৬। গর্ভ পীব

নমোম্ ঐন বরম্ য়াকনগবলো ? পন্থৌ নয়াথংদি চরৈ কিগাউ শান য়াজ'র চায়ন মুংশি পাওমেন্নরবদ ঔরা তোংউদোই নিংথৌ শমু মখুবাক্ত মমোম্ শমুজমনি শিঙলেন্ কেতুকী লৈমুংশিগুমবীবু শমু থুংশিন্নরে। খামল্ লৈমাব ঔরা তেঙ-দোই নিংথৌদ ১ং য়াথং চিঙশাং খোইরেলহীগুম্ য়াহম্লকয়ে ২। ঈমান্ কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাব নঙ্দি ঙসি কোরওমদগি খাম্ল্ ঈঙাইরেন্বু ওইরে। মুংঙাই মরাং কায়্ন পোইরৈ লৈবাক্ ঙাক্লোরো, ঔরা মনিংথৌ ঐহাকসু খাম্ল্ তেঙ্গোল্ মনিল্ মাইব পুন্নমবু পুন শেন্বী ঈরৈপুঙদ হল্য়াইথিরগে হায়্ন পাওমেন্রবদ কেগে পুান্নকলাহ ঙাংঙোই খোক থৈ পানচুম্বন য়াহম্লক্এ। পাবি ৩। লাংজেং মথোক্ লক্প সেনাপতি অতোন্ মশেম্ব নঙ্বু লাউও। নশানৌ অসিবু মপল্ পলেম্ মমা য়াংঙমলোন্বু কোরও নোংকাব চিঙঙ্ পত্তান্খিববু লোইদাম্ থাশিঙ্ য়াম্ন লাংহৈ কুম্ওনদরিবগি পলেম্ মুংশি থৌগাউঙম্দন ৪। মিংলু লাইজ থক্মদংবু চয়্রেগুরিবীনে। হৌজিক্ নপল্ পন্থৌ নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাব ঐবুসুঙ্ চেংলৌ শক্উনররোই। নোংপোক্ লৈময়ায় য়ায়রং অতাম্বদ য়াংগোইরুঙৈমে, মশানৌ অহেন্বীগ ঙাইরোয়্নখিও।

---

১। চিঙশাংদ শাব খোইরেন্গি খোইহীগুম্ থুম্প্রব, মুংশিব য়াইয়্ন ২। ঈকাইখুম্নকম্ ওইব ৩। মপাঙ্গল্ কন্থৎলক্প, মথোক্ কারক্প, (লাং—কুদোংথীব—চেং-ময়েংতাব) ৪। মিংলু

নিংথৌ সনা মখোঙ্ থাদ ১। লাল্লোই নথৌ খল্লুও। হয়েং খাম্রল্ মপুঙ্য়ায়্দ নশানৌ শম্জমনিন মচু নিংথৌ পারি নঙ্গি চেংলৌ নশক্ য়েংন নপল্ ঐাগ চেংলৌ শকউনবগুম্, পলেম্ মমা রাংশুম্লোল্ ২। অকেম্ চক্মেম্ লাগ ওইখরনীবু পুমং মরেম্ উবগুম্ খুংশি পেথানমুনো। ঔরা তোঙ্দোই নিংথৌ খম্রল্ লৈকোয়্ কন্দদি মাইক মরাং কায়্ন মতাইরেম্ ঔরা লান্মী থৌগল্লবু ঙাইরোয়্নন সনা মরৈবাক্পু ইন্তান্খিরে। ঈরাং লেল্ শমজমনি অহেন্বীসুঙ্ মচু নিংথৌ কেগে পুরিকুলাই চা সেনাপতি অতোম্বনু ঙাইরোয়নন খম্রল্ মরৈবাক্ ইন্তান্খিরে। শেন্বী ভুমু লোক্সাউ-ঈ, ঈরোক্ কৌজবগি চিংলেল্ অঙম, খুন্থী লাই খোংচিঙ্বু ৩। হেম্বা মোপাক্ তান্ন ৪। খোইয়ম্ লৈপুঙ্লোক্ অরাব চিঙ্লেল্ মতোল্ লোমলবদ কেগে পুরিক লাইচা সেনাপতি অতোন্ মশেম্বন মশানৌ শম্জমনি অহেন্বীদ মমায়্ ৫। হাঙরৈ লোংচ্পলা পাংন পোইরৈ মেতেংলম্, কেগে মোইরাং লমবু কমু থুংন থিনন পাউজাক্খিয়ে। শানৌ ঈরাংলোল্ অহেন্বীও, চেংলৌ মিৎয়েং অতাম্ব, লোংফাহ লৌচিল্ সিকা হুনগুম্ব অশিদি নপাম্ কেগে চাউব পুঙ্,

লাইজ……চয়্রেগুরিবীনে = কপ্প তেকত্রিবীনে। ১। লাল্গি + লোইহন্ = লাল্লুপ্ কাব ওইন, ২। কেম্লব হায়্বদি শিরজুন মৈ থাগ্রবী
৩। হাও, চিঙ্তাব খুল্ ৪। লাইক থোন্ব লৈপুঙ্ হায়্বদি চিঙ্ ৫। মায়্কৈ

মোইরাং শাংব য়াম্ লোক্তাক্ ১। রান্বরেল্ তিম্ভচাম্ব মরম্দৈথ কান্তেক্ কংবুমাউ মতুয়া কেগে নপল্ লমদে। হাওরৈ লাইনা পাংবরম্ চেংলৌ মিংহেং ২। মাগম্ব থাঙৰা মম্ম শিঙ্গম্ মিৎয়েং শাম্খৈব অসিদি পোক্তৈরৈ মৈতৈ ল্যাৎনে। হংভৈরৈ থান পাংবরম্ অসিদি নোংখায়্ লৈকোয়্ পৃঙ্ শানৌ নঙ্ব্র নপল্ কেগে লৈনাবম নিংথৌ সনা মখুংপক্তা শমু খুংশিন্নকম্ খুমন্ তাউঁংকে-কোল্ অড্রে কাহ্ন শম্ খূৎন থিন্ন পাউতাক্থিয়ে অসি কোরও মুমিৎকি মথৈ কেগে নপল্ লম্খ্রু উন্নরোই, য়েব চিঙ্নখল্ লাম্বস্তুঙ্ শান ভেঙ্গৈভেনে হায়্ন পাওমেমরম্য়ে। ঈরাংলোল্ শমজনি শক্হেন্বা 'শঙ্লেল্ কেৎকা লৈশুম্বীন প্রেম্ লাইজ খক্মদন ৩। ভেঙ্গাই চাইত শিংল নপাম্ কেগে চাউবপৃঙ্, মোইরাং শাংব য়ায়্রু চিংন য়েংন নপল্ পন্থো লিংথো ঙাংঙোই লৈমাবগ মচু নিংথৌ লা লেল্ রা পীকনগবু তে থানন মীকপ্থিয়ে। ঈপল্ কেগে লৈমাব ঙংঙোই পোংলেল্ কন্ব ও ৪। নমোম্ ঐদি শাবি লেংন ফং শানৌ ঈরংলোল্ শাক্লো-শিন্বরক্তগি চংবী ল পাল্ লেংন পুং শানৌ খাঙ্গুম্ মেংপোক্

---

১। রাংব্রেন্ ২। নাপীন তরল্ তবল্ কওবগুম উৎ. য়াচঙ্ব মতম্, তাম্ন উয ৩। হীকন হীকন ৪। নমোম ঐদি.........
কাওজনরক্লে= নজা মুপী ঐ; ঈচেম্ ঈবুং ময়াম্ অমস্তুং ঈমম্ববী শাহমন্ কামম্ববী মোইরাং শিংলোল্ ময়াম্ মরক্তগি লক্ ময়াম্ হাওবদগি থাইচুন লক্ পাখী অহৈবত্ন থাইচু লূক্পগুম থান্দোক্ত

লৈময়ায় রায়রং অতামবদ কাওক্লনরকলে। অশি কোরও ঙুশিং মগি মখেবু ঈপল্ সনা নখোঙ্খা, ঈপাম্ কেগে চাউবপুঙ্ মোইরাং শংব য়য়বু চেংলৌ মিংখিংলরোই, মিংয়েং শান্থৈর-রোই। খিংলৌতুগুমববু নেঙনদে, শিঙলেল্ অমরক্ ওন্দেঙম্-লরোই। ঈচু নিংথৌ কোগ পুরিক্লাই চা লাংলেল্ সনা রাপিংলল্-ও, নশানৌ ঐদি নিঙঙ্, ঈরাইবক্ য়াম্লেং ভুরৈ থোংনিবু ঈপল্ সনা ময়াথংবু মাই রাকন্ফদবন মীয়াম্ অথাপ্প মরাই অতামবদ থাগোলকুরঙৈনে। নশানৌ ঐদি মযোম, ঈরাং লোল্ কেগে নিংথৌ অঙম চন্নু শাবি শানৌ লেংন লিন্ব পাউ তে ইন্বলকুসুম লেংভিন্নরোই। কেগে ঈপল্ লেংন ভিন্ব অপুম্ব, নযোম ঐবু লোইদাম্ খাশিঙ্ য়ামন, লাইকৈ কুমঙল্ য়ামলক্রবগ চেংলৌ শকুউনদে, মিংয়েং শান্থৈনরে হান্ন পোইরৈ অকউ চঙলঙৈনে হায়ন খুংশি থেয়বু ওন্ পিয়াং চাইজি চোৎন মীকপ্থিরে। মপল্ কেগে লৈখাব ঙাংঙোই ১। পোং-লেল্ হনবু চেংশৌ শকউদ মচু নিংথৌ লাপেল্ সনারপিহন্বু ২। পুন্নুং লেপ্‌ত্রিদন লাপন খুংশি ৩। তেরান্জরম্লগ ঈরাংলোল্ শমজংনি অহেন্নীদি মচু নিংথৌ মশাবি সেনাবক্তি ঙাভোন্ মশেমববু ঙাইরোইমন শেন্ভী ভমদত কবো তমুদ কুম্নিরে।

---

দোক্কুন অরাপ্প নো পোক মায়কৈদ থাজবিরে। ১। মী মরক্ত অথোইব, নিংথৌদি নহা ওইরবনু অহলগি শিংদ চলশি। অচুন পোংলেপ হনব হায়বনি। ২। তশেংব মশক ৩। মপা য়েংন কোজরম্গে।

হুঙ্‌নাং তেল্‌হৈবদি কেগে মাগি য়োয়্‌কোন্নুং কোহুং অচন্‌বদ মোইরাং কংলা তোংন য়াঙ্‌দ চোয়্‌নৌ সনা ফম্বাল্‌ লাংনচিংন কোল্লোয়্‌ শঙ্গাইরেল্‌ থংজিঙ্‌ য়ুম্‌লেল্‌ মখুৎফা পূন্নমবু অনৌব অমরক্‌ তাউখঙ্‌হৌরে। পোইরৈ মনিন্‌ নাইব রাংঙম্‌ তানদব পূন্নমসুঙ্‌ মোইরাং কংলৈ পূঙ্‌ময়োন্দ পূন্ন তিন্‌ন কেগে তান্‌-থোঙ্‌ ময়ুং কুই, ঙাংঙোই লেম্‌থোঙ্‌ মকৈ পাক্ক পাল্‌হৌরে। কেগে লৈমাব ঈরাং পুরিক্‌লাইগি পুয়োক্‌ লাংগোল্‌ হৈব, শাগৈ ঙাইরী য়েংন ১। থৌজাল্‌ তাইহেল্‌ নাইদব, লৈবাক্‌ রায়েল্‌ চুম্‌ব উবদ লাইরেল্‌ মাগি মপাত্তোন্‌, রাংঙম্‌ মহীশাং পূন্নমন রাকৎখিয়ে। "হে ঈরাং পুরিক্‌লাই ঙাংঙোই লৈমাব নঙ্‌বু তাবরা, পোইরৈ তম্‌দ কান ২। কংলা থোন্‌ তরেৎ থোল্লাং-মৈদ ফম্‌ফম্‌লবগ পোইরৈ খুন্‌নিংথৌবু ওইবিরো"। অসুম্‌ রাকৎচরবদ ঈরাং পুরিক্‌ লাই কেগে লৈমাবন পাউখুম্‌লক্‌এ। রাংঙম্‌ পাইরৌরেম্‌, পোইরৈ শেল্‌ লৌরেম্‌শিংও, হায়্‌গুনো। কংলা থোন্‌ তরেৎ থোল্‌লাংমৈ, ময়ায়্‌ শুম্‌থোং পান্‌দি লাই-রেল্‌ মৈতেঙঙু মাক্‌লৌরেম্‌ লোইনাই কৌব চিঙ্‌থংখোম্‌ব মহাক্‌কিনে। লাইরেল্‌ মরল্‌ কুদগি ঈরাং পুরিক্‌লাই ঐন কেগে মপূঙ্‌ য়ায়্‌দ ময়ায়্‌ কোয়্‌রেল্‌ ফম্ম পানৃজবনে হায়্‌ন হোয়্‌ য়াদরে।

---

১০। লংমাইজিঙ্‌গি লা লাইগিদ শিন্‌জিন্নব অশেংব লাগুম্‌

১। মীচঙ্‌ মী মায়্‌ নাইদব ২। সলাই পূন্নমক্‌কি মথক্ত

ঈরাং পুরিক্লাই কেগে লৈকোয়্ মপু নিংথৌ ঙাংঙোই খোক্খৈ পান্চুম্বন খুয়োল্ য়াংব মরৈনেৎ লৈতরেৎ মকাই-ফম্দ পুন্নুং অচৌ মৈগুম্ কেগে খুন্য়োক্ সোয়্দ, পোইরৈ লাংগোল্ হৈন হরাউ মথোই তোং. হুংঙাই মরাং কায়্ন পাল্লে। কেগে মপূঙ্ য়ায়্ ১। পাখং য়োম্লোই হও, হুরা ২। য়োম্তোং শাং, তড়া অচা রাৎত, চরৈ অইন্ তাম্দ, খুয়োল্ য়াংব মনিল্ নাই, কেগে ঙাংঙোই মরাঙ্ হওন পোইরৈ পূম্ন তিন্ন পাল্লে।

লাংহৈ কুম্মা ওল্লক্লবগি কেগে পুরিক্লাই, ঙাংঙোই হুঙ্নাং তেল্হৈবন রাহম্লক্য়ে। পারি পায়্ম লিন্ন ঙান্ব ঙাংঙোই ৩। উরা কোঙ্য়াম্ব-ও, নশানৌ শনম্ ঙাইথিংতোন্ অতোন্ মশেম্ববু লহাল্ ঈরাংলোল্ শম্জমনিগ ঙাইরোয়্নন ঔরা তোঙ্দোই নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ লাল্লোই মথৌ খল্লুও হায়্ন থৌশিখিববু লাংহৈ কুম্বু ওল্লক্লে। নোংপোক্ লৈময়ায়্ খাম্রল্ সনা লৈবাক্ত চৎন নশানৌ সেনাপ-তিগি লেংশিন্নন থৌগল্লুও। কেগে পুরিক লাই চা ঙাংঙোই উরা কোঙ্য়ামবদি মপল্ পন্থৌ নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবগি সনাময়াথংবু ৪। তাঙ্জ লুদ থোংন ৫। রায়্রং লম্শাং ইন্ন খাম্রল্ লৈময়ায়্বু ইন্তান্খিরে। ঙাংঙোই উরা কোঙ্য়াম্বদি

---

লৈব্ কংলৈ কোন্নুংদ ১। পাখং ময়াম্ তিন্ন ২। নিংঙোল্ মশীঙ্ থীঙম্দন ৩। নিংথৌ মচা ৪। কোক্ ৫। নোংপোক্

রায়্রং লম্খাংম চক্প' অংগো ঈ ; য়িংথি ঈয়া চাউবু য়োরবদ কবো পেংনাউ মহীথেন্বু নাতৈনন শেন্বী মুরাউ মপূঙ্‌য়ায়দ ১। হয়ু মহুং শং হুংনাং মনারেক্ পলেম্ পীশোন্ন, পন্থৌ পাশোন্নন চিঙঙ্ নোংদম্ খোল্, শরা তুরৈ থোংগিবু লম্জায়্ ফদবন অরাং কোরও নোংকাখিরে, চিঙ্পল্ পন্দান্খিরে। মন্তাইরেম্ হৈনা মতুং ইন্, সনা মময়্ রায়্ব পূন্নমন মোইরাং হৌন লম্দাং ইন্ন ঈরাং পুরিক্ লাই চাগি কোরও নোংগা থৌ, মথৌ য়াংগোল্‌ববু মতোল্ লোম্লবগ থিংলৌ নিঙন্ তেন হল্রাইরক্লে। কেগে ময়ূম্নাক্ য়োরবদ ঈরাং পুরিক্লাই সনা মখোঙ্ খাদ মগারি ঙাংঙোই উরা কোঙ্য়াম্বন কোরও নোংকারা চিঙঙ্ পন্তান্রাবু মান্বী খুৎতপ্ন মূক্মু লৈতোল্ কোন্ন রাকৎচরুরে। কেগে লৈমাব ঙাংঙোই পোংলেন্হন্বদি পিরেম্ থক্মদন ১। হেঙাই চাইদং শিৎন মীকপ্খিয়ে। পারি ৩। লাংজেং নথোক্লক্প নঙ্বু নপল্ ঐগি চিঙ্গোয়্ ঈয়াথংবু মাই রাকন্ফদবগি নোংপোক্ লৈময়ায়্গি ঔরা তেঙ্দোই নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ লাল্লোই থৌগল্লু হায়্ন থৌশিখিববু নোংপোক্ রায়্রং লম্খাংমদ নপল্ পন্থৌ নিংথৌ ঐবু চেংলৌ শকুউদন নশানৌ পলেম্ পীমা-চা পন্থৌ পামা-চা পূন্নমবু পুন্থুং লেপ্ খঙ্দ চেংলৌ শকুউদন কগ্নিগি অরাং কোরও নোংকাখিব, চিঙঙ্ পন্দাল্খিবনো কল্লক্য়ে হায়্ন মীকপ্খিয়ে। মশানৌ ৪। য়োয়্-

---

মায়্কৈ ১। নারতুন ২। হীক্ন হীক্ন ৩। মথোক্ কারক্প ৪।

রুম্ লোল্ ১। সুংবাল্ অঙম্ব লুরাং সলাই অরেম্ব চনুগ তাল্লোয়্ তুজাহও তয়ম্ নাইজ তিন্ন থিক্লেল থাগ ফু, মালেম্ লৈদ ওন্ন সুংশি মখৈ লৈতন মীকপ্নরে।

কেগে নিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেল্ হন্বন রাহম্লকুয়ে। শানৌ শানম্ ঙাইথিংতোল্ অতোল্লক্কি লোইজা অম্বা মন্ত্রী পায়্ম লিন্নন ঙান্ব-ও, ময়ু কেগে পুরিক্লাই নোংলেল্ হৈবি-খোং ঙাংঙোই নান্ব সরাব কোলোয়্ মমিং থোংবু মৈন রায়্ন মিংচূব নপারি নান্ব সরাববু নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ থৌগল্-লুস্নো। মশাবি অতোন্ মশেম্ববু লেংশিল্হল্সি হায়ন্ রাহম্ন-রবদ মশানৌ সনা খোম্ মতোন্ অতোম্ব মন্ত্রী ২। মকোই পাউনিংশিংবন রাকংচরক্য়ে। শাবি কেগে ঈনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাব-ও, নপারি নাঙৈরা অথূব নান্ব সরাবদি পায়্ম লৌশিং লৈতারিবনে। তৌইগুম্ ৩। নিংথৌ সনা নয়াথংবু মালেম্ লৈদ তাফরোই, কোরও নোংদসু কাফরোই, নোংপোক্ লৈময়ায়্ ঔরা মরৈপূঙ্, খাম্রল্ লৈমাব সনা মখোঙ্ খাদ থৌগল্লুস্নো হায়্ন পাউ য়ারবদ মপারি কেগে পুরিকলাই চা ঙাংঙোই নান্ব সরাবদি কেগে লৈমাব নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ থূবাং

---

অরাম্বম নিংঙোল্ ১। লুরাং চনু ২। পণ্ডিত ৩। নিংথৌ...... কাফরোই = নিংথৌগি য়াথংদি তৌওইদব য়াদে। লৈপাক্তসু তাকদ্দে, নোংদোন্দসু কাফদে। তাক্লিব মী অহুন সোয়্দন তৌগদবনি

চাংজো তরাম, মতু ১। কাইনৌ লিশিঙ্ন চাংজো চেপ্প নোন্ন ২। পুরুমলরে। মপল্ পন্থৌ অতোল্-লক্কি লোইক্কা অম্বা মন্ত্রী পায়্ম লিন্ন ঙান্‌ববু মান্‌বী থৃৎতপ্নন পুরুম্লম্লবগ নোংপোক্ লৈময়ায়্ ঔরা তোঙ্দোই মরৈপূঙ্বু ইন্তান্‌খিরে।

কেগে পুরিক্লাই চা ঙাংঙোই নান্‌ব সরাবদি খাম্রল্ লৈকোয়্ পূঙ্গি নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ রাইথুংলুরবগ মশাবি সেনাপতি অতোন্ মশেম্‌বদ মপল্ পন্থৌ নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবগি সনা ময়াথংবু রাহম্‌নরে। পুরিক্লাই চা সেনাপতি মশেম্‌বদি ঔরা মনিংথৌগি সনা ময়াথংবু লোন খাম্রল মপূঙ্ য়ায়্‌দগি থিংলো নিঙ্ন তেন নোংপোক্ রায়্‌রং লম্‌শাং ইন্ন মরাল্ ৩। ওন্তেরক্লে। কেগে চাউবপূঙ্, মোইরাং শাংব য়ায়্‌দ ৪। রাইথুংলরবদ মপল্ পন্থৌ নিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেল্‌হন্‌ব সনা মখোঙ্ খাদ চাংজো চেপ্প লোন্ন পুরুম্লে। ঔরা তোঙ্-দোই নিংথৌন মমোম্ ঈরাংলোল্ শিজ শম্‌জমনিবু থৌজাল্ মায়োক্‌নন ৫। লন্‌কুরা নিংথৌ মথৌজান্‌বু খাক্তন পাউ-তম্‌জখিয়ে।

---

১। তু ২। খুরুম্লে ৩। হল্লক্লে ৪। থুংলবদ ৫। থৌজান্‌দগি

—{*}—

# মরিশুর পন্দুপ্

পুরিক্ লাই ঙাংঙোই নূঙ্নাং তেল্হৈবদি কেগে মপূঙ্য়ায়্দ হুংঙ্গাই মরাং কায়্ন পাল্লবদ পুরিক্ লাই ১। থয়াঙ্ মথৌমল্, ঙাংঙোই চূঙ্শেল্ মরাল্ ওল্, হুয়েল্ মরাল্ হৌদি হাওরে নোং-চূপ্-খান পাংবরম্। ২। খৌশাবনে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ মমা লৈনুং পিয়াইনু চা খোংফাং অতোন্বগ শাচূঙ্ লাংমৈরেম্বগ লম্ ওক্লব মরম্থৈ ৪। শানু-শাবা পাউহংচিঙ্, ৫। য়োম্লোয়্-য়োম্তাং পাউখংরাই, ৬। নতক্-নমেল্ মান্নরম্, অমাই মাইশিল্-লোক্, ৭। মৈবা-মৈয়েং শিন্নরাই লোইবী শাচুন্ মনিন্ নাই, পাইমোম্ নাক্লৌ শেল্ পাউল্ লূহুপ্নন য়াংগোইব লোইবী থারম্ তানদব, চিঙ্শাং নাক্পক্ থন্, রাইথৌ থম্জেৎ মান্গুম্ব পূঙ্দ কেগে নিংথৌ লৈমাব ঙাংঙোই খোকথৈ পান্ চুম্বন মতাই-রেম্ ৮। অথৌ লিচা-হেপ্প ৯। কাওরেল্ শন্শক্প কৈরেল্ তেংথাব পূন্নমবু ঙাইরোয়্নন পেরে শানৈখোং, শিঙ্গা খোঞ্জেল্ চাউ, চরৈ ফিরাল্ লম্হাইনাই তড়েৎ শেন্ফাংয়য্ রাংলেল্ মনিল্ নাই, ১০। লাংদে পূঙ্য়াম্য়য়্ন রাংলেল্ পূঙ্নিল্খোন্বু কোরও তম্নোংখোংগুম্ লাল্ফম্ মরাঙ্ হওন হুয়েল্ লান্তখিয়ে।

---

১। মপাঙ্গল্ন নোম্জমন্গি ২। লান্তাবনে
৪। মতু--মচা ৫। মচা--মছু ৬। মচা--মনাউ ৭। মৈ হোনব পোৎনচিংব ৮। অকল্ অথৌ ৯। কাওরেল্……তেংথাব = শ্রীপূন্নমক্ন ঙাঙ্নরব মশক্ থঙ্ব অকন্ব কাও অমসুং কিনরব অচৌব কৈগুম্ন মীন মরা ঙাঙ্নরব ১০। লাল্গি য়ৈনব

কেগে খুমাইরেম্ব ১। য়াংলৌ মরম্শাং লম্লেল্ তোর্ব্বুঙ্ খুন্বী তোরফাই চিঙঙ্ লম্থাপোক্পু কৈন শম্, খারম্ মচিঙ্ কা; হেম্বা য়োপোক্তন্ সোপোন্ মাঙ্ওই থিল্ হেম্বা পম্হোঙ্ হাংন শচুন্ য়ুনথৈ ফংন পম্হেংলবদ খারম্ মপূঙ্ তাকৃন; ২ মৈবী তাঙ্গোই পাই মৈথু নোংলোনকান হেম্বা খাংচেল্ থুম্লে। লোইবী মপারিবু নম্দ পো, মমোম্ থাদ কোন্ন থোন্য়া হাথৈব পূন্নমবু তাঙ্জ খোঙ্গুল্ লী ঈরোক্ হাথৈফম্বু ফংন পন্থেংলে। শণ্ডং নারেং চিং, মান্বী শল্য়াম্ খোম্, মেনাং তন্ব চিরৈ চিং, শেন্বুঙ্ শেন্মল্ পূন্ন লোক্য়ে।

খাম্রল্ মনিল্ নাইবন পোইরৈ তম্দ তান পন্থেংলগৈগি রাংঙম্ খুন্তাক্ অহান্বদ পোইরৈ ৩। তাংজ ঙাইখঙ্নন রাংঙম্ থক্চেন্নখিব কাওরেল্--শল্লক্ তিন্দব তূগুম্ববু হুয়েল্ লান্চেনখিবশিংন খারম্ ময়ুম্ নাক্, শাচুন্ মশাই কোন্দ লাংহৈকুম্শিং য়াম্ন য়াংগোইরবশিংবু কেগে নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাবু তান্ন চেল্শিল্লক্য়ে। ৪। ঈনোং নোংয়ায়্মদ পান্ব লান্তারবগি মান্বী কোন্দৈখিরববু কাওরেল্ অমরক্ শল্লক্ তিল্লব তূগুম্ববু তিল্লরে। কেগে পুরিক্ লাই ঙাংঙোই খোক্থৈ পান্চুম্বন শাচুন্ মপূঙ্ য়ায়্দ ঈরাং মৈন গুৎন খোশারবদি হুয়েল্ লানিগিদি লোইবী শাচুন্ হাও পাখং খারম্

---

পূঙ্ মখল্ অমা ১। লম্বী ২। মৈ থাব ৩। মশক্ ৪। অহিং নোংয়ায়্, ঈনোং .........তিল্লব তুগুম্ববু = অহিং নোংয়ায়্দ মফম্ খঙ্হৌদন কৈন শংগোল্ চঙ্তুন চাই-

নাইৰিবেং অথৌববু কাইনা হুল্লে। হেম্বা ১। থেন্বুঙ্ থক্ত মতাইবেম্ অথৌলি চা হেপ্প পূন্নমন তেন্দো° নম্বো হুপ্ থাঙ্লেল্ নামৈ যেপ্ শমু খুৎশম্ পাল্লোয্নন ২। ঔগ্রি মালেম্ লৈবোইশৈবু চিঙ্খোঙ্ মিকোল্ শক্ন পাউ তোইবম্লে। কেগে ৩। মচি হেল্ ঈবাং মবাই লাংন হল্বাই-বক্লবদ লম্লেল্ মতাইম লোইবী মাবখেং মনিন্ নাইবগি ৪। চিঙ্-য়া চুই শোনব ৫। তম্যা নূঙ্ ওন্ব পোম্বী চেক্লা ফাই, পামেল্ মৈ — শন্ তাঙ্, লালুম্ ঙম্রী নোংযায্ উচাল্ মৈবা লৈবু তন্না উযাম্ হওবদ যোয্বু খোইমোম্ লাইবেম্ম ৬। রাক্চিঙ্ হাঙবোন্বম চন্থ নিংঙল্ নুবাবী নোইম্ম থুম্জা মায্চৌবীবু মালেম্ ৭। লৈখম্লও, ৮। তোকম্ম লৈতঙ্ ফেল্ লৈমু মযোল হল্, পেবে চিন্খুল্থি, লাইজা ঈচম্ চঙ্হন্নদন কল্লা অঙম্ব পামেল্ থুম খো° অবেম্বনু খোং চুক্-থিযে। অত্তু' নোংগিবু কেগে পুবিক্নাই ঙাংঙাই খোক্খৈ পানচুম্ব খোক্লেল্ মখূৎফা খাবম্ শাচুল্ থুন্ঙম্ খোং মবেম্ হাযাব খোঙ্লেঙ্ অথৌব ফানখো°ও তৌন কৌযে।

---

খাব্খ্রব মফম্ খঙ্দন চেন্নখ্রব শন্ন অমুক্ তিন্নববগুম্ ১। লোই-শঙ্দ, মী-তিন্ফম্দ ২। শামদোন্ অযাঙ্ববু মশামবেং কক্ন ফাখিব লৈশেম্ ঈসৈ ৩। মমায্ পাক্ল ৪। অরা পোথাফম্ চিংয়া ৫। পুক্লিঙ্ চুবব চিঙ্খোঙ্।

৬। লৈপাক্ মথক্ত পেবে কাব ৭। লৈপাক্ তৌনব খুৎলাই মখল্ অমা

কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই খোক্থৈ পানুচুম্বন মতাইরেম্ অথৌলিচা হেপ্প ১। থয়াঙ্ কোন্দাইরোন্বশিংদ রাহম্লক্য়ে। ঈতাইরেম্ রায়রং খরায়্ কেন্ব নংখোয়বু লাউ-ও, ২। লোইন্থু চাশূ তানন থুম্তূপ্ মায়্রোংশেম্, নাউতু থূৎফাং শার-ও। তম্ফা ঈশানৌ কেগে মোইরাং লৈমদ লম্ওক্লসি হায়্ন রাহম্খোন্গি মতাইরেম্ ৩। তেংলৈ পন্দান্ ওন্ব রায়্রংখরায়্ কেন্বশিংন চক্প হাওর নিংথৌ চহু মথূৎশা পুন্থুং চেগায়্ পোক্ত মৈথু নোংলোন্কা মৈরি কোন্ন থেম্ন রায়্রং খোইনিঙ্মেল লারাক্ খাংতৈথোম্ রাইংক্ থুম্বাল্ শৌ ও চিল্নেপ্ মায়্কোয়্ লৈন খাঙ্লা পোৎথিং য়য়্ নোইন্থু চাশূ তাললে হায়্দনবা; কেগে নিংথৌ লোইবী শাচুন্ যুম্চঙ্ য়ান্ব, উরু ঢ রাহ লৈনব, চাইনেম্ থাংয়ৈনব ঙাংঙোই হুঙ্নাং চেল্হৈনদি মতাইরেম্ অথৌ লিচা হেপ্প পুন্নমবু ঙাইরোয়্নন মরাল্ ওন্তেরক্লবদ পুন্থুং লাল্পোৎ মঙাল্ নাই, কেগে খুন্রায়্ চঙ্, হুংঙাই মরাং কায়্ন কেগে সনা য়োয়্কংলা, মোইরাং কংলা, তোংন য়াঙ্দ ৪। করাং লাল্হোই চয়্নু কৎন চেঙ্জা নুঙ্গোইবীদ হুয়েল্ লাল্লু চল্লে। ঙাঙ্ঙোই সনা য়োয়্কোন্থুং কোন্থুং অচন্বদ রাইথুংলরবগ তম্ফা মশানৌ রাঙ্ঙম্ ৫।

---

১। মপাঙ্গল্ মথৌ নানলৈবাক্ ঙাক্প ২। থুম্ ৩। লৈতুম্ ৪। করাং চিঙ্, করাং.........চয়্= করাংচিঙ্দগি য়াম্ব লাল্ হোইনব চয়্ হায়বদি টাখোক ৫। মোইরাং লৈমদ

মৈরা পোন্চেন্বীদ লোইবী শাচুল্ খুল্ঙম্ থুম নোইস্থু থুম্জা মায়্ঙৌবীবু লম্গুক্লরে।

ঈরাং পুরিক্সাই লোইবী শাচুন্ ঙম্ব, ঙাংঙোই নুঙ্নাং তেল্হৈবদি ময়ু খোইমোম্ লাইনিংথৌ থংজিঙ্ কোয়্রেল্ লাই, মোইরাং ১। কশারেল্ নামুংব চিঙঙু ২। য়াইবী পল্লোই তান্‌ববু ৩। উন্ী শমন্ লিকিনন ৪। কোরও লল্শামল্ রাংবল্ পাউফামন্গি চিঙঙু য়াইবী মথৌচান্গি খোয়ুম্ থংজিঙ্ মরল্কুবু খোইম মায়োক্ য়া য়াম্চেং থাফংনন লল্কুবিরে। কেগে মপূঙ্ য়ায়্দ লোইয়া ৫। শুম্থোং মৈগুম্ তোংহৌন, অঙান্ব ৬। খেন্কা য়াইগুম্ ঙাল্হৌনন কেগে অনৌব মনিন নাই মোইরাং মরাঙ্ হও, পোইরৈ পুম্ন তিনন পান্ববু কেগে খায়্চেল্ নাই-হল্দ, ঙাংঙোই পাংশোয়্ নীক্হন্দন ৭। পোইরৈ খুন্য়োই শোয়্দ মোইরাং লাংগোল্ হৈন হুংঙাই মরাং কায়্ হরাউ মথোই তোংন পাল্লে।

ময়ূম্ খাম্রল্ মপূঙ্-য়ায়দ ঔরা তোঙ্দোই নিংথৌ খাম্রল্ লৈকোয়্ ফম্বন ব্রাহ্মণ শাগৈলেন্দ ৮। নাউনৌব সদানন্দ কৌববু পাও কৌখিয়ে। হে সদানন্দ লৌশিংব-গু, নঙ্দি লহাল্ পোইরৈ খুন্তাক্ অহান্বদগি খাম্রল্ ঈপূঙ্-য়ায়্ অসিদ য়াংগোইরবগি

---

১। লাইপুম্নমক্তগি অহেন্ব ২। থরায়্ ৩। পূক্চেল্ মানুনন ৪। লাইদকৎতুন খুরুম্জবগি মরম্ ৫। মূৎকদব মৈ ৬। হুনিং কাখৎলকপ ৭। মৈতৈ, কোয়্রকপ ৮। পোক্প

উন্‌বী পূক্লিঙ্‌ লেপ্লবনে। নমু মীপূম্‌ খরবু ঙাইরোয়্‌নন পোইরৈ নপূঙ্‌ য়ায়্‌, তয়ম্‌ নখোয়্‌গি খোয়্‌রেন্‌ ফম্‌বু য়ৌন ইন্তান্‌-খিও। কেগে মোইরাং নিংথৌ শ্রীচাওম্বদ পাওমেল্‌লুও। লহাল্‌ ঐন হুয়েল্‌ লান্তানোং চক্‌মোম্‌ খাম্‌বী মৈহয়্‌থবগুম্‌ পোইরৈ লৈখোঙ্‌ কায়্‌বনোংদ নিংথৌ সনা ঈখোঙ্‌ খাবু পুরুম্‌লব য়াগি কেগে মপূঙ্‌ লেপ্ল পোইরৈ লৈবাক্‌ ঙাক্লোরো হায়্‌ন য়োয়্‌ চাল্‌লম্‌ব অতু লাল্‌ফম্‌ মৈশা লাংলিঙৈনিন কোল্লোয়্‌ য়াম্‌ন পাওমেন্‌নরম্‌দে। নোংপোক্‌ লৈময়ায়্‌ অসিদ কেগে লৈমাববু ইন্তাল্‌লক্‌-ও, মমোম্‌ শম্‌জমনিবুসু চেংলৌ শকৃউনরো হায়্‌ন পাও কৌরুও। ব্রাহ্মণ সদানন্দ লৌশিংবন নিংথৌ সনা ময়াথংবু লুদ থোংন কেগে চাউব পূঙ্‌বু ইন্তান্‌খিরে। কেগে চাউব পূঙ্‌ য়ৌরবগ ঈরাং পুরিকলাই ঙাংঙোই নূঙ্‌নাং তেল্‌হৈব সনা মখোঙ্‌ খাদ রাইথুংলরে। ব্রাহ্মণ ১। পায়্‌ম লিন্দাংশাংবন ঈরাং পুরিক্‌লাইদ রাহম্‌লক্‌য়ে। কেগে লৈকোয়্‌ মপু ঙাংঙোই পোংলেল্‌-হন্‌ব-ও, নোংপোক্‌ লৈময়ায়্‌দ রাঙম্ব নিংথৌ য়াইফ-থোইব সনা ময়াথং, কেগে লৈমাব নঙ্‌বু চেংলৌ শকৃউনসি, নমোম্‌ ঈরাংলোন্‌বু চেংলৌ শকৃউনরো, নোংপোক্‌ লৈময়ায়্‌ খাম্রল্‌ ঈরৈবাক্‌পু ইন্তাল্‌ল-ও হায়্‌রক্‌য়ে। ব্রাহ্মণ কোল্লোয়্‌ ময়াথংবু নাতারবদ ঈরাং পুরিক্‌লাই ঙাংঙোই নূঙ্‌নাং তেল্‌হৈবন পাওমেল্‌লক্‌য়ে, নোংপোক্‌ লৈময়ায়্‌দ ২। রাঙম্ব নিংথৌ

---

১। রাখল্‌ চাউব, লৌশিং শিংব ২। রায়েল্‌লিব

য়াইফবগি মতাইরেম্‌শিং-ও , থাম্রল্‌ লৈকোয়্‌ ফম্ব সনা ময়াথংবু ১। রাকন্‌ফরোই ।

কেগে পুরিক্‌লাই ঙাংঙোই নূঙ্‌নাং তেল্‌হৈবন নিংথৌ ২। মহী শাং, য়োয়্‌বু য়োয়্‌হৈ লেংন তিন্‌ব লক্ত রাহম্‌খিয়ে। তম্ফা ঈশানৌ য়োয়্‌বু মৈরা পোন্‌চেন্‌বী ঙাংঙোই থংজিঙ্‌ য়ুম্‌লেল্‌ ঙান্‌বী নখোয়্‌সু , পারি লাংলেল্‌ রাপিহল্‌ ঙাংঙোই য়োয়্‌তবুং উরা খুন্তাব নহাক্‌সু কেগে ৩। খুন্‌ফাংথৌ, ঙাংঙোই ৪। নাই-ফাংথৌ নখোয়্‌সুঙ্‌ তাও-ও , কেগে ননিংথৌ ঐদি নিংথৌ কোল্লোয়্‌ সনা য়াগংদি মালেম্‌ লৈদ তাফদব, কোরও নোংদসু কাফদবন নিংথৌ সনা ময়াথংবু রাকন্‌ফদবন নোংপোক্‌ লৈময়ায়্‌বু ইন্তান্‌খিঙৈনে। নিংথৌ সনা ময়াথংবু নাতারবদ, তম্ফা মশানৌ রাংঙম্‌ মৈরা পোন্‌চেন্‌বীন মালেম্‌ লৈদ কুন্‌ খূবাক্‌ চাংজৌ চেপ্‌ন লোন্‌ন রাহম্‌জরক্‌য়ে। ঈশাবি কেগে পোংলেল্‌হন্‌ব-ও, নিংথৌ কদৌববু সনা নখোঙ্‌ লেঙ্‌গবনো , নপারি লাংলেল্‌ রাপিহন্‌বু লৈয়ে। নোংপোক্‌ লৈমাব নিংথৌ সনা মখোঙ্‌ খাদ পারি উরা খুন্তাবন পুরুম্‌লুসুনো হায়্‌ন পাও মেন্‌ববু কেগে লৈমাবন পাওখুম্‌লক্‌য়ে। তম্ফা ঈশানৌ কেগে লৈমাবীও. ঔরা তোঙ্‌দোই নিংথৌ সনা লৈকোয়্‌ ফম্বন, কেগে মোইরাং

---

১। মাই হায়্‌ফদে , য়াদব তৌহৈদে ২। নিংথৌ মথৌ পুরিব ফম্নাইব ৩। খুন্‌গি ওইন হায়বদি খুল্‌গি থৌদানব ফম্‌থৌ ৪। নাইশল্‌ শিন্নবর ফম্‌

নিংথৌ শ্রী চা ওম্‌বদি নিংথৌ সনা ঈয়াথংবু করিগি রাকন্‌বনো, শেন্‌বী ১। কন্তও য়োৎকুম্‌ মুংকন্‌ন, কোল্লোয়্‌ পান্‌ন নান্‌সন, ঙাংঙোই ২। খোয়্‌বূঙ্‌ মরৌ চাউন পায়্‌ম উন্‌বী পরয়্‌গে ৩। হায়্‌বনরিঙৈনে হায়্‌ন নিংথৌ য়াইবী ৪। কল্‌হৃও নীক্লবগি হুয়েল্‌ অমরক্‌ লাল্‌হৌরক্‌পন পোইরৈ লৈখোঙ্‌ কায়্‌রবদি লহাল্‌ লাল্‌ফম্‌ তম্‌থিব চক্‌মোম্‌ থাম্‌বী মৈহৈথবগুম্‌বদগি নমু থরায়্‌ কল্‌হৌবদি শিঙ্‌লেল্‌ অরেম্ব লৈরাং অতিংঙাবু ওইরঙৈনে। ঈয়ু খো্‌ইয়ম্‌ লাইয়িংথৌ থংজিঙ্‌ কোয়্‌রেল্‌ লাই, খুয়োল্‌ য়াংলৌ লৈবাক্‌মাব চিঙঙ্‌ মরল্‌কুগি, রাক্‌য়ৈ হিনাউ শাবিনব লৈতবন ৫। তোংজেং পন্‌থুংফম্‌ খঙ্‌দন লৈরাই ৬। মুংবী থম্‌থেং ভোয়্‌নবগুম্‌ অরা লান্‌নং তোয়্‌রব পোইরৈ মনিন্‌ নাইবস্থঙ্‌ লাইরেল্‌ মৈতেঙঙ্‌ মাকলৌরেল্‌গি দমক্ত সনা ফম্বাল শঙ্‌জমন্‌গি নহা-নুবী, হনু-হন্‌বা, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পূন্নমন পোইরৈ য়াহিপ্‌ফদ কেগে য়াতাফদ কেগে লাঙ্‌তক্‌ন রাংঙম্‌ লাঙ্‌ফেনন পূক্লিঙ্‌ শোংকি চঙ্‌ববু লংমাই শেংব লাগুম্‌ লাইশেংহল্লগে, নমু থরায়্‌ পূন্নমগি তড়া ৭। লৌচেন্‌পোৎকুম্ববু নিংথৌ নশাবি ঐন লেংশিন্‌গে। খোয়ুম্‌ নোংদম্‌ব মথৌ-থাগি কেগে লৈবাক্‌ তাক্‌, মালেম্‌ লৈরু কোক্ল লান্‌নংব অসিবু লোইদাম্‌ ফাইরেল্‌ অশিৎ থাদ তল্লা উনা কেন্‌বগি

১। অকন্ব লৈপাক্‌ তওনব য়োৎ, ২। মপূক্লিঙ্‌, রাখল্‌ ৩। হায়্‌খিগনি ৪। শাউবদগি ৫। হি ৬। লৈরাই ৭। লৌতা-বগি চানব পুব পোৎ

পামেল্ উরোং শাম্ব তূগুমব্বু কেগে অচা রাংত, পোইরৈ ১। অইন্ তাম্দন তল্লা য়েন্নিঙ্ শৌ, পামেল্ নাপু ফাবগুম্ হুংঙাই মরাং কায়্ন পান্বু চেংলৌ মিংথিংতরিব, মাক্লৌরেম্ ২। ঈন্থ লাইরেল্ মৈতেঙঙ্ লোইনাই কৌব চিঙ্থংখোম্বন পোইরৈ সনা ফম্বাল্ লাংবু শমু খূংন থূন্ন ফম্ফম্দরিব মখৈবু নিংথৌ সনা ঈহাক্শাংদ ৩। চোয়্নৌ সনা কোল্লাং চান্ন-চিংন চরৈ ফিখূংশা ৪। মাল্লৌ ফিরাং চান্ নিংথৌ ফিরোয়্ ইতিঙ্কবু শেংহিরোই, তাইবঙ্ চাক্চা অথোইব সনা শেম্পাক্ থন্ন য়োয়্নরবসুঙ্ নিংথৌ ঐগি পায়্ম পূক্লিঙ্ থুন চাহিরোই। ৫। মরাল্ অতোন্তা, খম্অখূ অয়েং চন্ব চান ঈরু কও, লোক্লও পরৈ তংলবা য়াংগোইরিবশিংন মপারি নাউ-থাক্ত, মযোম্ ৬। নাউ হম্নবু হুমিদাং খাম্বী মৈরিংদ, অয়ুক্ পূন্নুং রান্থোংদরগনি হায়্বগি ৭। চাইচি শুম্ফাংত ৮। খোম্লেল্ তুম্গন্দন য়াংগোইব তূগুম্ন নিংথৌ ঐগি ফম্জাউ থক্ত য়াতাববু উন্বী পূক্লিঙ্ পেন্ন য়াতাহিরোই। কেগে পূন্নম রাংঙম্ তানদবগি তন্ব নীপা ওইব খৈবিক্পু পুরিক্লাই ঈপারি সনা খোক্খৈ মরোল্ য়াম্ব--তূগুম্ন নাউ য়োক্কে, ৯। মোম্নু নূজা পুন্নমদি ঈমোম্ ঈরাংলোল্ কেগে

---

১। ইন্নব মফি রাংতন ২। ঈমাক্ ৩। সনা ৪। ফিরোয়্ ৫। লায়্র চূথব ৬। মচা থেম্নব ৭। মচা শুমবোই ৮। তুম্ব য়াদবন ৯। নুপী

নিংথৌ অঙৱ চন্থশিংগুম্ লাংগোন্গে। তস্ফা ঈশানৌ কেগে লৈ-
মাবী নঙ্গ নতাইরেম্ কেগে খুন্ফাং থৌ, মোইরাং নাইফাং থৌশিংগ
ঙাংঙোই লৈবাক্ ঙাক্লম্ও। পারি লাংলেল্ ব্রাপিহল্ ঙাংঙোই
য়োয়্তবুং উরা খুন্তাব নঙ্গ নশানৌ সেনাপতি মশেম্বগ
নবিঙঙান নশানৌ পারি নাউরা ১। লোন্খঙ্দরিবশিংগ ঈমোম্
ঈরাংলোল্ চেঙ্গোয় কুকু মীরোল্ থোক্তরিবীশিংস্থু কোরও
নোংজারেল্মবু চেংলৌ মিৎরাংনফদন লাংগোল্ঙাম্ও। পলেম্
নমা পোক্মাবী শানৌ রাংঙম্লোন্গ য়োয়্হৈ থংজিঙ্ য়ুম্লেল্
ঙান্বী পলেম্ নমা অখূবীশিংগ ঈয়ু খোইয়ম্ লাইয়িংথৌ চিঙ্-
য়ায়্বী য়েক্মাব খোইয়ম্ সনা মখোঙ্ খাদ কোরও পাউফাববু,
চিঙঙু লল্শা কাউগুনো হায়্ন পাওমেন্নরে।

ঈরাং পুরিক্লাই ঙাংঙোই নূঙ্নাং তেল্হৈবদি ময়ূম খোইয়ম্
লাইনিংথৌ চিঙঙু য়াইবী পল্লোই তান্ববু শমু চাংজৌ চেপ্প
লোন্ মালেম্ লৈগ পায়্ন পুরুম্লবগ মতাইরেম্ কেগে চিঙ্-
খোঙ্ ২। পুয়োক্লোই ঙাংঙোই ৩। পুথল্ লোই নমু মী-
পূম্ খরবু ঙাইরোয়্নন শমু খোঙ্ শাল্লক্লে। কেগে মরৈবাক্
৪। লৈতরেৎ মকাইফম্ খুয়োল্ য়াংব মরৈনেৎ হুংঙাই মরাং
কায়্ববু নম্দ হুন্ন নোংপোক্ লৈময়ায়্বু ইন্তাল্লক্লে।
রায়্রং লম্ন তাম্বগি অঙান্ব কোরও নোংশামৈবু খাঙ্ন রায়্রং

---

১। মরোল্ থোক্ত্রিব ২। মপু য়োক্প কাঙবু ৩। মপু-
খল্ব কাঙ্বু ৪। লৈকাই তরেংন তূঙ্নব মফম্, কোন্থং

লমতুপ্ খুদিঙদ ১। মালং অহুম্ চূপ্, ২। লিক্লা রাইরেল্ ফং, লম্লক্ য়াহিপ্‌ন ৩। ফেৎ মতেন্ য়াতান নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাবু ইন্তাল্লক্লে। নোংপোক্ লৈময়ায় কোরও নোং- লৈবাক্কুম্ মুংঙাই মরাং কায়্‌ন পান্‌ব নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ রাইথুংন্নুরে।

কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাব, পুরিক্লাই খোক্‌থৈ পান্‌চুম্‌বন শমু চাংজৌ চেপ্‌ন লোল্ মালেম্ লৈদ পক্ক নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ পুরুম্লে। ঔরা তোঙ্‌দোই নিংথৌ সনা লৈকোয় ফম্বন মমান্ মকু নিংথৌবু ভক্তি লৈদ পক্ক থৌজাল্ মায়োক্‌নন চিঙ্শাং খোইরেল্ হীগুম্ থুম্‌থোইব কোল্লোয় ময়াথংন পাওমেল্লক্‌য়ে। ঈমান্ কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্ব নঙ্‌বু কেগে মপূঙ্ লেপ্‌ন মোইরাং লৈবাক্ ঙ'ক্‌লও ও হায়্‌ন য়োয়্‌চান্নরম্ব অত্তুবু কেগে নরৈবাক্, পোইরৈ নকাই- ফম্বু লোইবী চিঙ্‌বুরোইব, হেম্বা তম্বু থন্‌বন ই খোল্ ৪। ফৈরোয় খাগুম্‌লিব অসিন লোইবী অকেৎ থিব, হেম্বা অরৌ চঙ্‌লব করম্‌ববু লৈরিগবনো, কেগে রাব খুল্ থিন, মোইরাং চেঙ্‌জা লাল্লম্‌রা করম্‌ববু লৈরিবসু খঙঙম্‌দে। কেগে অচারাৎ, চরৈ অইন্ তাম্ ৫। মালও অশেৎ রাৎন পাল্‌লি- বরা হায়্‌বগি চেংলৌ শক্‌উনসি, নমোম্ ঈরাংলোল্ শমজমনি

---

১। তুংশিৎ শিংলক্‌প খঙ্ ২। লিক্লা তাব ফংন ৩। নাপী শিঙ্‌বী মতোন্‌দ হিগুন ৪। শম্বল্ ৫। শেৎন ফি-ফনেক্-

অহেন্বীসুঙ্ চেংলৌ শকউনবিরো হায়্বগিবু পাওকৌজবনি। খাম্রল্ মনিংথৌগি কোল্লোয়্ ময়াথং নিঙ্থিববু নাতারবদ কেপ্নে পুরিক্লাই ঙাংঙোই নুঙ্নাং তেল্হৈবন পাও খুম্লক্য়ে, নোং-পোক্ লৈময়ায়দ অরাং কোরও ১। নোংনিংথৌগুম্ হুংঙাইমরাং কায়্ন পান্ফরিব হে নিংথৌ য়াইফব-ও, নিংথৌ নথৌজান্গি হুংঙাই মরাং কায়্ন পাল্লিয়ে। নতাইরেম্ কেগে লৈবাক্ পুন্নমসুঙ্ তড়া অচা রাৎতরে চরৈ অইন্ তাম্দরে। লহাল্ নিংথৌ সনা নখোঙ্থোংন পোইরৈ ঈপূঙ্য়ায়্দ তারঙৈদ হুয়েল্ লাল্চেল্ খাক্লম্ব তড়া নঙ্ন পিরম্ব অতুন থরায়্ মিরেল্ ওইনরিয়ে। মালও পিরম্ব অতুন চরৈ ঈফি ওইনরি। নিংথৌ কোল্লোয়্ য়াইফববু পুতুন লোইবী কনান অকেৎ থিরদে, হেস্বা করম্বন অরৌ লঙ্লদন পাল্লিয়ে। কেগে ২। চেপ্নহৈ রাংঙম্ পুন লোইন রাব খুন্থিরা ৩। চেংজা লাল্লং রা করম্বসুঙ্ লৈতে।

ঔরা তোঙ্দোই নিংথৌ খাম্রল্ লৈমাবন মমান্ মকু নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবদ রাহম্লক্য়ে। ঈমান্ কেগে মোইরাং নিংথৌ, ঙাংঙোই লৈমাব নঙ্দি পোইরৈ অথাপ্প, রাংঙম্ অতাম্বদগি খাম্রল্ ঈপূঙ্ য়ায়্বু ইন্তাল্লক্পদি ৪। অরা শোন্থৈনিক্-লিঙৈনে। ঔরা ঈপূঙ্ য়ায়্ অসিদ ৫। ফায়েং নোংফাই য়াম্ন অরা পোৎথাখিও। নপারি ঐদি নিংথৌ ঈমান্নব খাগি মনিন্

---

লৈজোম্ ১। সোরারেল্গুম্ ২। পুন্নমক হওতুন ৩। অরা-হুংজেংনন ৪। রারম্গনি

মাইবন হুয়েল্‌ লাল্‌হওরক্‌প অসিবু ১। থোংক্ষেল্‌ মায়োক্‌ য়ান হুয়েল্‌ লাল্‌শোক্‌নরুখিগে। কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবদি রায়রং মতাইম পা.ঙল্‌ শংখু হি থাংফম্‌, তেরা উঙৌপোক্‌ পোম্‌বী ২। শেক্‌ কুরেক্‌ অঙৌবন লোক্‌-লৌ লুম্‌থিরাই শ্যামৃচে লৈময়ায়্‌ নাতৈনন ইরাবতী লাইজ ঈরাংম ঙারা মপাল্‌ শাংদ শঙ্‌লেল্‌ ৩। তৈন শান লোইদাম্‌ থাশিঙ্‌ য়াম্‌ন ৪। নোং থোইখিরে।

———{❋}———

---

১। শক্‌ক শক্‌ক উনন খুৎলাই লংনব ২। উরোক ৩। তোপ্‌ন, অতোপ্প শাহ্নন ৪। লেন্‌খিয়ে।

# মঙাশুব পান্দুপ্

খোয়ম্ নোংদম্ খোন্দি শমু খোঙ্কাপ্ সোয়্বিদে। খোয়ম্ নোংদম্ খোন্গি শেন্বী মরৈপুঙ্দ শাইদাংখিব পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ লোইদাই কৌব চিঙ্থং খোম্বস্থ শেন্বী তেখাউ মপুঙ্য়ায় আসাম্ মশাইকোল্দগি থিংলৌ নিঙ্নতেন পোইরৈ মপুঙ্-য়ায়্দ হল্রাইরক্লে। রাংঙম্ তানদবশিংন ১। মপল্ অমন্ববু ২। থম্লৈ মীহুংকোন্গি হল্রাইরক্রবগুম্ হরাউনখিয়ে। লহাল্ হুংশি লৈখৈ তান পোইরৈ লৈখোঙ্ কায়্ব নোংগি অরা লৈখৈ তান লান্নংব, খাম্রল্ লান্মী পুন্নমন চান লাগ নম্, খোইম নায়ায়্ খায়্, ঈরোক্ শান্থুপ্ফম্দ ৩। তাউব খুমন্ হৈবন্ ৪। য়াওরও খোঙ্গুল্ লীবগুম্ পোইরৈ হাথৈ ফংন লান্নংনোং, মপারি নম্দ পো, মমোম্ পানৃদ শম্ন খোইম নাউহিং চঙ্ঙম্দ উরী ঙাম্বল্ কানৃঙম্দন কোরও নোংদ কাগে কাঙম্দ, মালেম্ লৈদ লিংকে লিংঙম্দন লান্নং নোংদদি পোইরৈ ঈনিংথৌ লিক্লাই রাংঙম্ লৈমাব লোইনাই কৌব চিঙ্-থংখোম্বন পোইরৈ মপল্ লম্বু ৫। নম্দ হুনন থায়্ তৈন লান্থিয়ে। পোইরৈ লৈখোঙ্ কায়্ববু রাংঙম্ লৈবাক্ ঙাক্-পিদরে। নমু ৬। পোংনাউ তোন্বু ওইরবস্থ খাম্রল্ লৈমাক সনা মখোঙ্ থাদ চঙ্ন পোইরৈ লৈবাক্ ঙাক্লৌরবদি নমু মীয়াম্ অপুম্ব অসিবু পলেম্ পিপুক্হুংগি নাউনৌরক্প তুগুম্

---

১। শিগ্রব মপা মপূ ২। অশিবগি লৈবাক্ ৩। হুয়্ ৪। শা ৫। তুংদ হন্দোক লম্তুন ৬। করিস্থ লৈতব অতোন্ব মী

ম্রাচিনঙৈনে হায়্ননোংগি ঙুংশি মৈচাক্ তম্থিববু নম্দ হুন্ন থৌকাউনরে। চিঙঙু নোংদম্লক্পবু খঙ্দন কেগে মোইরাং মিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবন পোইরৈ মপূঙ্য়ায়্গি চোয়্নৌ সনা ফম্বাল্লাংবু লেপ্ন মুল্হৌরব তৃগুম্ কেগে লৈবাক্ তাক্লববু শংলৌ থৌরাঙ্রক্লে। পোইরৈ ১। নাদথেৎ রাংঙম্ শিঙ্দ পক্লব পুম্নমবু ২। তড়া অচা রাংহন্দ, চরৈ অইন্ তাম্হন্দন পোম্বী শরা লুম্কোন্ন লোক্লৌ শান্ কোন্ন লাংগোল্লি হায়্ববু খঙ্দন য়াংলৈ ৩। তাউব মহুয়্চা তড়া চত্নম্ হুন্ন নাউয়োক্পন হুয়্বী চিন্গোয়্ চন্ন য়াংলৈ যাথং পীবগুম্ কেগে লৈখোঙ্ কায়্ন মোইরাং লৈবাক্ তাক্লববু শংলৌ থৌবাঙ্লে, য়েল্লাং ঙম্তম্লে।

লাইবেল্ মৈতেঙঙু লোইনাই কৌব চিঙ্থংখোম্বন বাহম্-লক্য়ে। ঈতাইরেম্ লোইশঙ্ থৌগল্লেং পুবিবশি'ও, নখোয়্-দি ৪। ঈপুম্ কেগে চাউবপুঙ্বু ইন্তান্থিও: ঈমান্ নিংথৌ কেগে লৈমাব অদুবু লাইরেল্ ঈপা রাংগোল্ নিংথৌ, লিক্লাই পোইরৈ নিংথৌহন্বগুম্ পন্থৌ লেপ্লওশিন্ন লাংগোল্লক্-পনে। ঔরা তোঙ্দোই নিংথৌ খাম্রল্ লৈকোয়্ ফম্ববু ইন্তান্থিয়ে হায়্ববু নাতায়ে। ঈমান্ তম্ফা রাংঙম্লোল্ কেগে মোইরাং লৈমগ মপারি লোয়্নহৈগি অপাম্ব লাংলেল্ রা-শিহন্গদ পাওমেল্লুও। লাইরেল্ ঐদি খোয়ুম্ নোংদম্ব

---

১। নারক্ত থেৎপগুম্ লোৎপ ২। চাক্ ৩। ঈপুম্ = ঈমাগ পৌক্মিন্নব মাম, ৪। ঈযুম
।

মথৌথাগি আসাম্ তানদব, তেখাউ মপূঙ্যাযদ শাম্পূপ্লুববু ব্লাংঙম্ ঈকাইফম, পোইবৈ ঈপল্ লমবু থিংলও নিঙ্ন তেন ১। ঈরাল্ ওন্নেবক্লে। তেখাউ তানদববু নমু মীযাম্ ঙাই-রোয্নববয়ে, তড়া চা ঙকৃপিয়ো হায়ন পাওহমলুও হায়্ন থৌশিখিগে।

লাইবেল্ মৈতেঙঙ, পোইবৈ লৈবাক মপুন পোইবৈ শান্তাকত, ব্লাংঙম্ শান্ফোঙ্দন মতাইবেম্ পানা ২। তপ্তাইবোয্ মাধব বাম ৩। লোইযম্ অমুরম্ চাব্ পাও কৌখিযে। তযম নঙ্দি ঈমান নিংথৌ কেগে লৈনাবগি সেবক্ মদাইবেম্ পায়্ম হুংচংবনে। মপাবি লাংলেল বাপিহল্ পলেম ৪। পীমা চাগুম্ ঙাইযোয্নন লোয্নবৈগি তপামবত হায্রুও। পোইবৈ মবাঙ্ হওব ব্লাংঙম্ মথি নাইবশিংব চেংলৌ শবউহনগুনো। যাংলৌ লমদাং ইন্দন ৫। মথোই নাযায্ খায্ন লাইবেল্ সনা ঈখোঙ্খাবু ইন্তাল্লকও, চেংলৌ শবউনসি হায্কও। অস্মন মদাইবেম মাধববাম্বু থৌশিখিযে।

তসাইবৈগি লাইবেল্ সনা মযাথংন থৈশিখিবশি দি কেগে চাউব পূঙ্ মোইবাং শাংব যাযদ রাইথুলুবে। তম্মা কেগে মোইবাং লৈম ব্লাঙম্ মৈবা পোনচেনবা যোযবু সনা মখোঙ্ খাদ লাইবেল্ কোল্লোয্ মতিলমেনবু খাক্তন বাকৎলবে। তম্ফা ব্লাঙম্ লোনন মদাইবেম কেগে খুনফাংথৌ, মোইবাং নাইফাং

১। ঈযূম্১। ২। ব্রাকোক্ থনব ৩। লুব্রাং ৪। মমা অমতগি মচাগুম্ ৫। নাপী

থৌশিংগ পুরিক্লাই মপারি লেংন ছিন্বশিংদ রাহম্খিয়ে, পারিশিংও, নপল্ পন্থৌ নিংথৌ শাবি কেগে পোংলেন্ হন্বস্থুঙ্ নোংপোক্ লৈময়ায় নিংথৌ সনা মরৈপুঙ্দ নোংথোইখিয়ে। ঈছু লোইনাই চিঙ্খোঙ্ য়ায়্মব লোইনাই কৌব চিঙ্থংখোম্ববু পারি নখোয়্ন কোল্লোয়্ চমন পা, য়াথং পাউথীথোক্ন রারোংনববু পুন্ন লৈতে। মনান্ নিংথৌ শবি কেগে পুরিকলাই ঙাংঙোই পোংলেল্ হন্বন পোইরৈ মপুঙ্ য়ায়্বু ১। লেপ্ন মুল্লুব রাসু নত্তে। ঈছু নিংথৌ লিক্লাই ২। মোথোইখোম্ব তুবি মহাক্থক্ত ঈছু লোইনাই চিঙ্খোঙ্ য়ায়্মববু ফংত ৩। শিথিথোক্ য়াথং লাংখৈ থান রাথোক্লৈন নপল্ পন্থৌ নিংথৌ ঈরাং পুরিক্লাই শাবি শংনৌ মথোরাঙ্ য়েল্লাং মঙম্ ঙম্গি ৪। মপুম্ কেগে চাউব পুঙ্, মোইরাং শাংব য়ায়্দ নয়ূ থংজিঙ্ লাই মরুগি খোইয়ম্ সনা মখোঙ্ খাদ শান্থূপ্হন্বনে। লাইরেল্ মশাবি ৪। শিল্রাই কাংলও মরাম্বন তুবি ফামোইমিংত ফম্, লাইরেল্ ফল্লাং মৈদ তোংলবদ নয়ু খোইয়ম্ লাইয়িংথৌ চিঙঙু য়াইবী পালোই তান্ব সনা মখোঙ্ খাগি পোইরৈ মপল্ লম্বু ইন্তান্খিবনে। কেগে চাউব পুঙ্ অসিবু ৫। তুবি মাগি হওনফম্, লাইরেল্ কানফম্ঙ্গম্ব মহাক্নে। ময়ূম্ কেগে চাউব পুঙ্বু কদৌরগবনো? লহান্ খম্লাং পারারী, ঈরেং পুরারীদস্থুঙ্ মপুম্ রাশোক্লৈহৈদে, চেংলৌ মঙম্ শোয়্ হায়্ব্বু লোইনাই পায়্ম ঙান্ব মান খোইব খঙ্লিবনে।

---

১। ঙশেংন ২। মোথোই ঙম্ব ৩। পুথোক্লুন ৪। মমাগ-

কেগে মোইবাং লৈমদি বাংডম ১। খোয়্বু মগো চাউন মপাম্ পোইরৈ ২। লাংতম্ন মত্ রাংডম্ লাংশেম্ববু খঙডম্দবগি কেগে ঙাইগুংশাং পোইবৈ ঙাইবৈবাক্নে হায়্ন নিঙ্খল্লুবগি রাহম্লক্য়ে। পাবি লাংলেল্ রাপিহল্ ঙাংঙোই উবা ং্ন্তাব ও, নশানৌ সেনাগতি মশেম্বগ নযু খামনী লৈকাই পাকপ, মযু মৈতেঙঙু লাইবেল্ চিঙ্খেৎ তোনাব সনা ঈদ কাফব লোয়ুম্ নিংথৌজাম্বগ ঙাইবোয়্নন মৈতেঙঙুবু লম্ওকলুপ্নো হায়্ন রাতানববগি কেগে পুবিকলাই চা সেনাপতি অতোন্ মশেম্বন ৩। হাওশি ঙম্গ চিংন কেগে লান্নী পুন্নমগ ঙাইবোয়্নন শমু খেঙ্শান্গিবে ৪। লম্লেল্ মতাইম মৈতেঙঙু চা নোংথোন্ব সনা চুঙ্ শেন্ থোন থোনা লালন্নুপৈদ পোইরৈ তেঙ্গোল্ লি লে। লাইরেল্ মৈতেঙঙুগি তুবি হয়্বাঙ্ মউশা লাইবেল্ তাউডঙ্ মহয়্কোল্ পগ্নৌ মপাতোন্শিংগ পোইবৈ পুন্ন হিনন রাতানবে ৫। কেগে পুবিকলাই চা সেনাপতি অতোন্ মশেম্ব অসিবু লাইবেল্ মৈতেঙঙুগ চেলৌ শকউনহন্গুন্নুসে। কেগে ঙাইনোংশাং পোইবৈ মঙাইবেল্ মহাক্নে। অতোন্ মশেম্বগ চেলৌ শকউনববদি লাইরেল্ মৈতেঙঙুদি ৬। যাইবী কদৌ-নোংদবু ৭। কনহওও নীংপিবেই, লাইবেল্ সনা মযাথ্ কোঙোয়্ অমেঙ্বনহম্ ঙুংশি পাওমেন্নবডেনে হায়্ন বা তানববগি যাংলৌ

---

পোক্মিন্নব মমা, ১। নবুধৌ ২। জাৎ অহুম্ন প্রজা ওইব ৩। পুক্চেল্ ৪। লাং ওইন থাজুন লাল্ শেম্ব ৫। কাঙ্বু ৬। থরায়্ ৭। শাওবিবোই

লম্খাংমদ থৌরম্ মতোল্ লোম্নববু থৌরাঙ্খরে। কেগে পুরিক্লাই চা অতোন্ মশেম্বদি পোইরৈ ঙাইনোং শাংনে হায়্বগি পূক্লিঙ্ চিংন লৈতন থাঙ্লেল্ নাক্ত থাদন টিমেল্ খূৎত শূদন ফম্ফম্লিডৈদ খূৎঙম্ সলাম্ চা লাংলেল্ অপোইব শল্গুম্বন থৌহু নূঙ্পাক্থক্ত পাম্ব কৈথৌথিগ মচেং ১। কাইরৈ নোংদম্ য়েনগ ২। থৌহু নূঙ্পাকথক্ত ইন শান্ন পাউতোইসি হায়ন নমু মীয়াম্ খোম্ন য়াহওশিন্নবগ খূৎঙম সলাম চান শমু হক্থেং ফংন নম্নবগ পোইরৈ নমু মীয়াম্ চঙ্ য়াইবী চিংথৎনন তাম্পোঙ্ লম ফাই চেন কুন ববু নোংমল্হললে। খাম্দী লৈকাইরাক্প লোইয়ম্ নিংথৌজাম্বব্সুঙ্ পনম্ খোম্ য়ৈখাস্-বগুম্ লাল্নংহললে।

লাইবেল মৈতেঙঙ্গুন পোইবৈ শাম্পাক্তন লোন্ন থৌশিন্বি পানা তপ্তাইবোয্ লোইয়ম্ অমুবাম্ চাবুস্থ কেগে চাইব পূঙবু য়োৎনদন পোইরৈ লাম্মী পূন্নমন ৩। শমু তুংদ পরয়্ লানগ শান থৌখাম্লে। পোইরৈ মথি নাই, রাংঙম্ মবাঙ্ হও, থাঙ-লেল্ খেরাং থাং, টিমেল্ মথো হেন্ন কেগে চাউব পূৎন্দ হুযেল লাম্তারক্লে। পুরিক লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেল্হৈবদি নোং-পোক্ লৈনযাদ নোংথোইশিবনিগিন কেগে মরৈবাকপু পাম্ব কৈশেল্ লোককুন্ খোইম নাগ থেরুদ নমু মী চঙ্নদন ৪। শোং-কিনববু পাম্ব চাক্থিখিনবগি কৈবেল্ ৫। হুম্তিংলবগুম নমু

---

১। যেনখোং তম লক্প য়েন্ব ২। নূঙ্ ৩। হক্শাং ৪। তু চুংব মথৈখ কিব ৫। ময়ুম্ হায়্বদি মকোল্ হাঙব

মীয়াম্ চঙ্ পোইরৈ লাল্লাউ নোংদ কান কেগে কোম্নুং নমু মীয়াম্ চাই, কেগে লৈখোঙ্ কায়্ন মোইরাং লৈবাক্ তাক্হল্লে। কেগে হীজ্জা খোম্, মোইরাং য়াইশা লওরে। তম্ফা কেগে মোইরাং লৈমনচিংব য়োয়বু মঙাইরোয়্, য়োয়্হৈ মহীশাং থংজিঙ্ য়ুম্লেল্ ঙানবী পুন্নমসুঙ্ ১। পনম্ লোল্খৈ য়েন্বু মচেং পোম্বাই লাক্পতুগুম্ পোইরৈ লান্মী খূৎত চন্থ্রে। তম্ফা কেগে লৈবাক্ মাবীসুঙ্ য়োয়্হৈ ২। লুম্লাং অপাম্বীশিংসুঙ্ ৩। শূমাই নোংলাংদ, কংলৈ য়াথোক্তবনিগিন অরাম্ য়াংব চত্থু লম্চৎন পোইরৈ লান্মী মাঙ্দ থা য়োয়্বু তাঙ্জ লুখুম্ চাউ, মালেম্ খোঙ্বী লৈবু য়েংন কাওরেল্ শঙ্গু হোইবগুম্ খোম্থরক্লে। মপাম্বি ঙাংঙোই য়োয়্তবুং উরা খুন্তাবসুঙ্ পোইরৈ লান্মী খূৎত চল্, নমু মায়াম্ চঙ্ন মপাল্ থোঙ্লেল্খৈদ থরায়্ য়াইবী হিংথৎনন অরাং কোরও নোং কাহল্লে।

তম্ফা রাংঙম্ লোন্ন মপারি লাংলেল্ রাপিহন্বু নোংমল্লে হায়্ব পাউবু নাতারবগি মালেম্ লৈদ ওন্ন মীকপ্খিয়ে। পারি পায়্ম ম্নুং চঙ্ব তিল্লাং খোয়্দাব নঙ্বু নপল্ পন্থৌ নিংথৌ-কেগে লৈকোয়্ মপুগি চেংলৌ শক্উদ পলেম্ নমা ঐবু কোল্লোয়্ পাওমেন্নদন পোইরৈ মখূবাক্ত করিগি লাল্নংলবনো, কল্লকয়ে। পামেল্ শবী মাঙ্লবগি তল্লা শা-কল্ লৈতব পামল্ উতোম্-পোক্ মালং মথোঙ্ খোন্ব উগুম্ পোইরৈ মীয়াম্ মখূৎ পাক্ত কোরও করম্ন ঙম্লোন্নখিরবনো কল্লক্য়ে। ঈস্থ লোইনাই-

১। মখোল্ থোক্লক্লব য়েন্ ২। অতৈ নূপী ৩। শুমাঙ্

চিঙ্খোঙ্ য়ায়্মন নঙ্দি করি রানো ? পারি লাংলেল্ রাপি-হন্গ নবিঙঙাবু চরৈ ১। য়াকু ফম্জাউ থক্ত য়াতামিন্নবনে, 'সনা শেন্পাক্ থক্ত তড়া খূৎপুন্মবু পীমন, লাইজ চিন্ খূৎমবু য়োৎ-মনন পলেম্ পীপুক্নুং ২। ঈন্নুং শিল্য়োম্ লাদগি লম্হুও-মিন্নরক্পগুম্ খেমলাং চয়্চেল্মগুম্ ঙাইরোয়্নরক্প নত্তবরা ? ৩। লম্লোয় লম্খুল্ খঙদ ঙাইরী রাথি লৈতন করিগি লাল্ নংহন্বনো ? লাইরেল্ নপা ইবুংঙো ঈত্ব নিংথৌ লিক্লাই কাইনৌ চিঙশোম্বদ পলেম্ ৪। ঈনিঙ্লোল্ চখা মনিং লোইখোম্বী তম্ফা ঈরাংলোন্বু নমান্ নিংথৌ শাবি কেগে পোংলোল্হন্বন কাওজনরম্বদি হয়েং নপারি শাংলবদ মপুম্ কেগে চডব পূংবু কেগে লৈখোঙ কায়্ন মোইরাং লৈবাক্ তাক্হনগে হায়ন কাওজ-নরমবা নত্তে। পোইরৈ ঙাইনোং শানে থৌজাল্ পূক্মাননন কেগে ঙাইর্বা তৎনগুন্নুসে হায্ন কাওজনরম্ব নৎতবরা ? লাই-রেল্ ঈপা মৈত্তেঙ্গু থোংনাং ময়াম্বগ ঈত্ব পোইরৈ নিংথৌ-হনবগ অনীদি খোইয়ম্ লাইরৈবাক্ত য়াইর্বা লিতিন্নন কোরও নোংকাখিরে। অরাং নোংমদোন্ কোনও মথোঙ তিন ৫। ক্নুংনাং কাওখঙ্কোন্ অরাংবদ মিৎয়েং কনম্ন শান্খৈরিগবনো, কল্লকৃয়ে। নপল্ পন্থৌ কেগে লৈমাবদি চিঙ্য়ায় ৬। চা-হুইরোং লম্যায্বও লওখৈ নিংথৌবন মপারি শরা নাউফঙ্চাবু থাইনরাগি অরাং থেংঙলেল্ লমমখৈ চক্প অঙ্গোঙ্গ, ইংথি

১। থয়জূপ্—মায় থা ২। গর্ভ ৩। মরূপ্, লোইনবক্পা মী ৪। ঈনম্মা ৫। পূক্লিঙ্ নিঙঙমদব লাঙতক্লব ৬। উচেক

ঈয়া চাউদ চাক্তাখিবতুগুম্ নোংপোক্ লৈময়ায়্ নিংথৌ সনা মখোঙ্ থাদ নোংথোইখিয়ে। পলেম্ নমা ঐদি ১। শুইন্থ মরুপ্পী শঙ্দিংলোল্লাউদবীবু থোংনাং লাংশূব ময়াং লোন্তম্বন নাউরা কোঙ্গোই লাংদ ২। হৈরৌবগি থোংনাংকংলৈ মশূমাঙ্ পোন্চেং লাইচক্সুংদ কোরও থোইন য়েংন নোংথোইবতুগুম্ পোইরৈ শমু মথূৎবাক্ত লান্নংলে। শাবি ঈরাং পুরিক্লাই ঙাংঙোই পোংলেল্হন্ব, নোংপোক্ লৈময়ায়্দ নোংথোইরিব-ও, নঙ্বু চেংলৌ শক্উনদন পারি য়ায়্ম স্থুংচঙ্বসু কায়্নরে, তম্ফা ইতোম্মবু ঈপল্ করম্ ওস্তেসিবনো, ঈহু রাংঙম্ করম্ন হল্রাইসিবনো। ঈয়ু খোইয়ূম্ লাইয়িংথৌ থুয়োল্ য়াংলৌ লৈবাক্ মাব, চিঙঙ্ য়াইবী পাল্লোই তান্ব নঙ্বু কোরও ৩। পাউফা য়োল্ চিঙঙ্ লন্শা তাম্লবগি কেগে ঈপূঙ্তাক্পবু লান্নংলরে। ঙাংঙোই ঈরৈবাক্ অসিবু করম্ থাইনরম্সিবনো হায়্ন স্থুংশি মথৈ লৈতনা মীকপ্লম্য়ে। য়োয়্বু মঙাইরোয় য়োয়্হৈ থ:জিঙ্ যুম্লেল্ ঙান্বী পুম্নমসুঙ্ তরঙ্লাইজ ঈরা হওন কোরও নোং থোংবগুম্ মীকপ্পরে।

---

জাং অমা ১। রাইহু ২। ফাব ৩। ঈড়াং পূজা তৌবদ লান্খিব

—— {*} ——

# তরুক্ শুব পন্দুপ্

কেগে নৈখোঙ্ কায়্, ঙাংঙোই নৈবাক্ তাক্লবগি মোইরাং মপুঙ্ য়ায়্দি অমন্ খম্নৈ কুম্বশিংগি মথৌ য়াংগেল্ব, পুরোয়্ মৈকোয়্ থৌন লোয়্রবদ শমু নম্দ হন্ন লংথোক্লক্লব তুরেল্ চাংজৌ মুংবী থক্লুম্ পুক্লিঙ্ শোংকি চঙ্ন কিনরে। পোইরৈ লান্মী পুম্নমন কেগে চাউব পুঙ্বু মোইরাং নৈখোঙ্ কায়্ন পনথেংলবগি মালেম্ নৈফুত্নুংদগি খোইয়া মহুম্ চাইগুম্ মালেম্ লান্নংন, পাম্ব অথৌবন কাওরেল্ কোনচাইরবগি মান্বী থক্চেন্নখিব তুগুম্বু থরায়্ মিরেল্ পাইন ১। তাংজ ঙাইখঙ্নন হুয়েল্ লান্চেন্ থোক্খিব ঙাংঙোই নাউরা অথুবা কেগে পুরিক্লাই চা চারল্য়োয়্ লিক্লাই অতেংবগ মশানৌ ঙাংঙোই মৈরাবগ অনীমদি পলেম্ মমা ২। পীগাঙ্শিল্ খোইম নাউরোয়্বীশিংগ শমু নম্দ পো, চরৈ নহোং শা পাইথু লেংহান্নন হুয়েল্ লান্চেন্খিয়ে। রায়্রং মতাইম থৌবাল্ লম্মহন্দ শান্থুপ্চববু পোইরৈ লান্মী অপুম্বন নাউরা খোঙ্গুল্ লীখিয়ে। পামেল্ উতোন্থক্কি পোন্বী মকাইফম্বু শরা লুম্ চাইথোক্লবগি চেক্লা মপারি শাগল্ তুফাং লিংদন লোক্লৌ কাইগুম্ হৈতরিববু পামেল্ উতোন্থক্কি মালেম্ নৈদ তান পাইথরক্পবু তাইবঙ্ নমু পোং ওইবন ৩। অচেল্ খংনৈ য়াঙ্, লোক্লও খুদোল্ ফুন শমু খুংন লাক্ল ফারুব তুম্ন পোইরৈ লান্মী খুংত চন্ন ফারুরে।

---

১। শক্, কোক্, লিল্ ২। মমাগি মহুংশিন্ন ৩। য়াম্না

লহাল্ ১। মযু নিংথৌ ২। মেন্‌খোম্ব সনা হোঙ্‌বদ কেগে লৈখোঙ্ কায়্‌নবগি মবেল্ নোংবাল্‌লোল্ শম্‌লাং লংমাই নিংথৌ চন্নুগ ৩। মহুইরোল্ থৌরৈ নো চু অহোঙ্‌ব চন্নুগ কেগে পূন্নমবু পোইরৈ মপূঙ্ য়ায়্‌বু তানন খোম্‌থংলক্‌ঊদ য়োয়্‌ময়ায়্ অঙান্‌বন থোঙ্‌লেল্ লক্ষ্মী খম্‌লবগি লম্‌লেল্ হয়বোক্ শৌদিয়ান্‌বু নাতৈনন শিঙ্‌লেল্ কিয়াম্ পোক্‌পদ লাল্‌লোই লম্‌দন্ন ৪। ফাযেং নোংফাইথিয়ে। য়োয়্‌রুম্‌লোন্ থৌরৈ নোংচু অহোঙ্‌ব চন্নুগ মপাবি থিক্‌লেল্ ৫। খোম্ শুক্লরিব নাউরা চিঙ্‌থং তোন্ অতোন্‌নবু শরেল্ য়েংন কোনূন য়াতাখিবদ শমু হক্‌শাং পুন ঈনুং শোয়্‌যায়্‌ম নাউরা পূন্ন মাঙখি। কেগে পুবিক্ লাই চা চারনবগ মশানৌ ঙাংঙোই মৈরাবগ অনীমবু মযু নাউরা চিঙ্‌থং তোনন খোযুম্ লাইওইরাই, শিঙ্‌লেল্ কিযামলৈ পোক্‌পীদ পোইরৈ লাম্মী ময়াম্‌ন কো[illegible] ঙাংঙোই মৈরাব অতোন্‌নন থরায়্ মিরেল্ পাই, চেংলৌ মমিং ঙাঙ্‌ন রাহম্‌জরক্‌য়ে। ঈগু পোইরৈ লাম্মী অথৌবশিংও, টিমেল্ নখোয়্‌গি নখূৎ শূবু য়েংন শোং কাঙ্‌যে। ঈযু নখোয়্‌গি নপাবি চরৈ নহোং তোন্‌ব য়াখোয্‌নে। ননোংয়ায়্ যারা লোন্‌থঙ্‌দরিব লৈরাং মশুং মান্‌ব মশেন্‌নে। ননোংয়ায়্ ঈবিঙাগি চে লৌঈশক্ য়েংন হুংশিবিয়ো, পুন্নুং ঈরেপ. য়েংন হুং ওন্‌বিয়ো।

---

য়াঙ্‌ন চেন্দুন ১। মবুধৌ ২। মেন-ফম্বাল্, খোম্ব-মূন্‌ব = ফম্বাল্ মূন্‌ব ৩। মচন, মনম্মগি মচা ৪। অহিং লেক্‌খি ৫। মখোম্-পিথক্‌লিব ৬। নছু

ঈহোয়্দি মুংঙাই মবাং কায়্ন অফ মথোই তোংগে হায়্ব রাস্থ খঙ্দবিযে। পংলেম্ ঈমা পোক্লবীশিংদ হয়্রাঙ্ ঈপূক পেন্দ তাউজিং ঈনিঙ্ থুংদবগি নাউরা মীকপ্ খোন্জেল্ থোক্ন রা-শুইজরিব মশেন্নে। নাউরা ঙাংঙোই মৈবাবন অস্থম্ রাহম্জববু পাউয বিদবনগি মশাবি পুবিক্ লাইচা চাবন্বন মশানৌ ঙাংঙোই মৈরাবগি ঙক্থি লুম্লাং কোন্ন বাহম্লকযে। শানৌ লৈরাং অতোন্ব মীকপ্লগুনো। খোযম নোংদমবগি নোংদমদ শানৌ ঈচি ঈনাউগি ঙসি হয্র্দে, চসি শুংলবগি পাগৌ লম্লোয্ চান্নবস্থ লৈবরোই, শাব শানৌ ঙাইস্থ উবগোই। ঙাইবঙ মালং পান্গি চৎন লমদাং ওইবন মালেম লৈকোয্ পূচ্ অসিদ শানৌ ঈচি-ঈনাওগিদমক্ত তন্ব নীপা থেক্ন শযেং মতান্বোম্বু তিংবিনবস্থ কনা লৈরবোই। খোযম নোংচমখেনন অমা, ঙাইবঙ্ শমু ঈথৌরাঙ্ন অমা ওইবন ঈপল পঙ্গৌ নিংথৌ চংখাই লৈকোয্ ফম্বস্থঙ্ উদবে, পংলেম ঈমা অংাকংস্থ খঙ্দাবে। নিংঙ্ নোংদম্ খোন্বু লম্ চায্ফদবনিগিন হাণ্ডৈ নোংচুপ্লা পাংন কেগে ঈপল্ লমদ শমু মায শনশিল্লসে। ঈযু থজিদ্ কোয্রেল্ লাইবু চবৈ ঙক্তযেৎ খুবাং চাংজৌ চেপ্ন লোন্ন পুরুম্লবগ মালেম্ লৈসনা অঙঙ্ব অসিবু চিংঙায্ যাদ হুক্ন কেগে ঈপল্ লম্দ কোরও ঙমলোয্মনখিবাস হাযন পাউমেন্-নরিঙৈদ নাউরা মঙুংশি খঙ্দব, থরায্ ১। মীরঙ শৌদ উন্বী পুক্লচ্ পেন্নব নমু মীঙম্থি লুবাংকোন্ কোন্জংবন কেগে পুরিক্

১। ১ মীহাংপদ।

লাইচা ময়ু থংজিঙ্ কোয়্রেল্ নিংথৌবু থম্মোই শাইয়ুম্ মুংদ্র কো৹্ন লাইনিঙ্ পরয্ চেংলিব নাউরা অপিশ অনীমবু ১। তাম্মোঙ্ লম্‌ফাই চেনবগুম্ য়াইবী হিংথংনন কোরও নোংকাহন্‌খরে।

তম্ফা রাংঙম্ লোনগ পলেম্ মমা অখুবীশিংগ লম্লেল্ ফুরা লাইমকোনবু য়োববদ পুরিক্ লাই মপারি নাউরা অখুব অনীমবু পন্থৌ মপা পোক্‌মাববু চেংলৌ শক্উদ, পলেম্ মমা অপোক্‌-পীবুস্থ পুন্থং লেপ্‌খঙ্‌দন, মতাইরেম্ ঙাইরোয়্নব চিঙ্খোঙ্ পুযোক্প কনা য়াওদন য়াইবী হিংথংনন পোইরৈ লান্মী মথৎবাক্ত নোংমললে হায়্ববু নাতারবগি মীকপ্ হন্‌গৎ ঙম্‌দন ঈমু খাল্লাক্‌-নবগুম্ মাপেম লৈদ ওন্ন মীকপ্‌নরে। পারি নাউরা অখুব নখোয়্বু নপল্ চেংলৌ শক্উদ, পলেম্ নমা ঈখোয়্বু পুন্থং লেপ্ খঙ্‌দন ২। হাওশি খূদোপ্ মল্ লায়্ব ৩। হাওমল্ লাংনা ৪। কেম্লাইবতুগুম্‌ববু নাউরা নতিক্ নংতন করিগি লান্নংলবনো, কল্লক্‌য়ে। নশাবি কোরও মথোঙ্‌চিনবু ইস্তান্‌-খিরবশিংন নাউরা নখোয্‌বু খুজেং হংচি লাক্ল লম্‌ওক্ ঙাম্‌বরা ?, নশাবি লম্‌ওক্‌লম্‌বন পলেম্ পন্থৌ ঈখোয়্গি কোল্লোয়্ ঈপাউ হংবদ পলেম্ নমা ঈখোয়্বু পোইরৈ শমু মথৎবাক্ত চন্‌খিরে হায়্ন পাউতম্‌লুববরা ? নাউরা ওইব নহৌশা শমু নশা শোন্‌বন

---

১। কৈফন লাক্‌পগুম্ ২। হাওনশিব মমল্ লায়্ব খুদোপ্ ৩। অমনব পাম্‌দ হওবা লাংনা ৪। কংতুন কেম্লগ লৈবাক্ত তার

কোরও মথোঙ্জিন্ রাঙ্বল্ মশাইগোন্নু য়োঁওম্দন য়াংলৌ লম্-থাংমদ তড়া চাফংদ লাইজ ঈফংদন নোংথোইরিবরা করম্বনো ? খোম্লাং ঈখৌ লাংলবদ পলেম্ নমা অপোকৃপী ঈথোয়্বু নিঙ্শিংলকৃপ য়াওবরা হায়্ন মপারি নাউরা অথুবগি কোলোয়্ লমিং কৌন মীকৃপ্নথিয়ে।

২। ঙাংঙোই লৈবাক্ লৈম তম্ফা রাংঙম্ লোনৃগ য়োয়্হৈ মঙাইরোয়্শিংগ ১। হেঙায়্ হুংয়েং চেং ২। হুংকোয়্ শিমাওন্ কেগে মরৈবাকৃপু পাম্মু শেৎন ঙম্দ, হুংশি থাইন ঙম্দ পোইরৈ লাম্মী পূন্নমগি শমু মাঙ্দ চৎন মপল্ কংলৈ পূঙ্ময়োন্বু ইন্তালৃলকলে। লাইরেল্ মৈতেঙঙ্ লোইনাই কৌব চিঙ্থং খোম্বদি পোইরৈ মপুঙ য়ায়্দ রাইথুংঙাম্লে। ৩। তুবি হয়্রাঙ্ মউশা, লাইরেল্ তাউজিঙ্ মহয়্কোল্ পন্থৌ মপাতোন্-শিংগ মতাইরেম্ পোইরৈ খুন্ফাংথৌ তয়ুম নাইফাংথৌশিংগ য়াহম্নরকয়ে। লিক্লাই মপাতোন্শিংন রাকৎয়ে, লাইরেল্ মৈতেঙঙ্ লিক্লাই নোংপাখংব অতেংব-ও, নমান্ তম্ফা রাংঙম্লোল্ কেগে মোইরাং লৈম অসিবু তুবি নঙ্গি সনা য়োয়্কোন্নংদ রাইথুংহন্গুন্নুসি। লাইরেল্ মৈঙঙ্দি পন্থৌ মপাতোন্শিংগ পোইরৈ খুন্ন শৌ, তয়ুম্ নাইন য়াদরবনিগি তুবি মতোম্ রাকন্ঙম্দরে। মমান্ কেগে লৈমাবীবু মপারি পুরিকলাই চা

---

১। মীন লাকৃচথিবগি হুংঙাইতন কপ্প। ২। পুক্লিঙ্ মওল্ মওল্ থব ৩। জাতি অহুমগী মী হায়বদি লোল ওগী মীন প্রজা ওইব নিংথৌ, মতিক্ মগুণ চাউব

লাং চেং নেম্‌ নেম্‌ মকারক্‌পশিংগ লম্‌লেন্‌ মতাইম হাওরৈ লাইনা পাংবরম্‌ ১। য়োয়্‌রুম্‌লোন্‌ কোরও খোংজোন্‌হুবী ২। খোয়্‌নৌ মতা তরুকমন অরাং কোরও নোংকারম্‌ খোয়্‌নৌ ইঙেল হুরাবী নৈম য়াংদৌ অতাউবি.ন মপারি হারি খোন তৈব, চিঙ্‌শাং লাংলেপ্প, কৌব নৈখাম্‌ মান্‌ব ৩। শাৎনফম্‌, চিঙ্‌-য়ায়্‌ কোম্থা চা নাউরা খোয়্‌রী খুল্‌ ৪। তুনং ৫। লংবাল্‌ লোইদ হুংশি মখৈ নৈতন কোবও থোইন য়েং, রাংবল্‌ পাংন য়েংন কোরও মখল্‌মগুম্‌ নোংথোইহল্‌লে। তম্ফা রাংঙম্‌ লোন্‌ন য়োয্‌বু মগুাইবোয়্‌শিংগ কোরও নোংজা খূদিঙ্‌গি য়োয়্‌ময়ায্‌ লাইরেল্‌ তাউতন্‌বন খেন্‌কাব, অঙান্‌বন খেন্‌চোংলকপ খূদিঙ্‌গি মমায়্‌ হাওরৈ নোংপোব্‌লা পাংন মশাবি কেগে পোংলেল্‌ হন্‌বন নোংপোক্‌ নৈময়ায়্‌ নিংথৌ সনা মখোঙ্‌ খাবু ইস্তান-খিরবগি মশাবি তাঙ্‌জ মখোঙ্‌ খুন্‌বু যেং, কচেং থাঙ্‌খোক্‌ চয়্‌ শৌনন কোবও নোংজ হাঙ্‌দন মীকপ্‌খিয়ে।

খাম্রল্‌ নৈমাব, ঔরা তোঙ্‌দোই নিংথৌন খাগি মনিন নাইবগ শমু মায়োক্লন হুয়েল্‌ লাল্‌শোক্‌নরুবদগি মরাল্‌ ওন্তেরক্‌লে। কেগে পোংলেল্‌ হনবন নিংথৌ সনা মরৈবাক্ত নৈরুববু ঔরা মনিংথৌন রাহম্‌লক্‌যে, ঈমান্‌ মোইবাং নিংথৌ-ও, ঐদি খাগি মনিল্‌ নাইবা তরুক্‌ তানদববু খোংফেল্‌ লান্‌শোক্লবগি

---

১। অরান্‌বম্‌ নিংঙোল্‌ ২। লেংমান্‌নবী ৩। পোক্লফম্‌ ৪। লং
৫। লংলোই ( লং কৎপলম্‌ )

থাগি নেৎচৎয়ানূন তকক্ লালয়াম্ ফারওয়ে। ঈমান্ নিংথৌ নঙ্সুঙ্ খাম্রল্ ঈপুঙ্ য়ায্ অসিদ লোইদাম্ থাশিঙ্ য়ামূন ১। ফাইরকলে। লহাল্ নিংথৌ সনা ঈখোঙ্ খাদ থৌখললুও হায়ুন থৌশিবকপ পুম্নমবু ঙাইবেয়ূনখিরে। ঈমান্ নিংথৌ পায়ুম লৌশিং থোইন নঙ্গি য়াথং রাচুম্ শূব, পুক্নিঙ্ অবেপ্পবু নিংথৌ ঐন খঙ্জবে হায়ুন নিংথৌ মতিকুনববু সনা চেংঙ্লেল্ পী, মপল্ লাংগোই নৈনাম্বী চা পোইবৈ খুনেংশা লুরাংববু পীন য়োয়্চান্নববগ রাহমলকয়ে। কেগে নপূঙ্যায়্দ হল্-রাইবিবো। হযেং লাংৈ কুমগা ওল্লবগা সনা ঈবৈবাক্ অসিদ অমবক্ হল্বাইবিবক্ও, খম্রল ঈবলুক, নিংথৌ ঈখোঙাল্ অচৌববু লল্কুঙ্গে। নমেম্ নাউবা তুঙ্গবিদা। নহেন্নীবু অচাউ লেপ্ফারবগ নিংথৌ ঈঙোন্দা কাওজনবিয়ো।

কেগে পোংলেন্ হনব, ঙাংঙোই নূঙ্না তেলহৈবন মমোম্ শমুজমান অহেন্নীদ পাওমেন্খিয়ে, ঈমেম শমজমান অহেন্নীও, ঈমোম্ চিঙঙু নবৈবক্সিন নপল বাংঙম ২। নাকূল্ ফিযান্ স্নংদ চিঙঙু নোংদম্লকপবু চেন্ফদবগি নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ রাইথুংলবনি। নপল্ ঈখোযবু তমাল, নত্ত ঙাংঙোই লাপ্লে: নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ উননী পুন্নিঙ্ চেৎন থৌখল্লো হায়ুন পাওমেন্নববগ কেগে পুবিকলাই ঙাংঙোই নুঙ্নাং তেল্হৈবদি খাম্রল্ মবৈবাক্ নোংপোক্ লৈময়ায়্বু নমদ হনন মরাল্ ওন্তেংক্লে।

১। লৈবকলে। ২। মীবোন্নদ

লাইরেল্ মৈতেঙঙ্ লোইনাই কৌর চিঙ্থং খোম্বন মমান্ নিংথৌ ঙাংঙোই নূঙ্নাং তেল্হৈববু থিংলও নিঙ্ন তেন কেগে মপূঙ্ য়ায়্দ হল্রায়্রক্লে হায়্ববু নাতারবগি মতাইরেম্ লোইয়ম্ ১। তাম্বোঙ্ অহোঙ্বম্ চা ভবানন্দ অয়েক্পবু পাও-কৌখিয়ে। তয়ুম্ ভবানন্দ নঙ্দি লহাল্ পোইরৈ লৈখোঙ্ কায়্ঙৈদ তুবি হৈনা ঈতুং ইল, লাইরেল্ সনা ঈময়্ রায়্র কোরও নোংথোইঙৈবু চিঙ্খোঙ্ ২। পুয়োক্লক্পনে। ঙুংগি লৈখৈ তাববু তামন্না, অরা পোংলুম্ নংববু নংমন্নন লাইরেল্ কোরও ননোংথৌ ঐগ মালং য়েংত লয়্ববু লয়মন্ন খমগোল্ ওইদ হুম্ববু হুমন্নন আসাম্ মশাই কোন্দ শাম্পুপ্মনরনে। নমু মীচা পোক্তোংঙানব অমবু লাইরেল্ ঐন থৌশীনিঙ্ন্রে। তয়ুম্ মচেঙ্ হাকুম ওইব নহাক্ন হাওশি ঙম্গ চিংন ঈমান্ নিংথৌবু লম্ওকলুও। কেগে পুরিক্লাই ঈমান্ নূঙ্নাং তেল্-হৈববু ঈপাল্ মৈতৈ লৈম তম্ফা ঈরাংলোনগ নাউন্না খোয়্ খাঙ্ম ৩। ঈহুং শিল্য়োম্মগি লম্হওমন্নরকপনি। লাইরেল্ ঈপা মৈতেঙঙ্ লোইবী লোক পাইর থাব পম্থৌ মহাক্শাংগুম্র মহাক্নে। ঈমান্ নিংথৌবু ৪। শায়্ব ক্ষিয়ান্ফরোই, ৪। খোইবু তুগুম্ববু তুম্ চঙ্ফরোই। চোইনৌ সনা তুলাই থক্কপুন চেংন লাংগোল্লক্ও। লাইরেল্ ঈপা মৈতেঙঙ্ পোইরৈ নিংথৌ-হন্ববু চেংলৌ শক্উনবগুম্ কোরও ননোংথৌ ঐবু চেংলৌ

---

১। মফৈ ওইবা শলাই ২। য়োক্-শাক্লক্পনি। ৩। থাউ অম-ভনি হায়্বগি মমা অমমগি ৪। শায়্র ক্ষিংথং মনাক্ চক্পাক্ শি-

শক্উনহল্লো হায়্ন লাইরেল্ সনা কাগোক্ মখুম্ হাং, পানা তপ্লাইম, কা শুংদাইমবু তুবি শমু খূংন থূম্ন পানা খূংশিন্নন য়োয়্চান্নখি। ১। মান্বী থিক্লেল্ মুংগি লাইজ ২। ঈঙৌ থুম্থোইব চোইনৌ সনা তেঙ্গোং থন্ব লাইরেল্ সনা মহাক্ খাক্ কোঙ্গায়্বু তুবি শমু খূংন পীন ব্লারেপ্পখি। মতাইরেম্ ঈরেম্ তোইবী মছু লোইয়ম্ তাম্থোঙ্ অহোংব চা ভবানন্দ অয়েক্পন শমু চাংজৌ চেপ্ন লোন্ন ব্লাকৎচখি। তুবি লিক্লাই নপাউমেল্, লাইরেল্ সনা নয়াথং নমান্ চেংলৌ শক্উনববু নয়ু খোইয়ম্ লাইয়িংথৌনচিংবন ৩। য়োন্দন লন্কুবিস্নুনো। তোইগুম্ ৪। তাইবঙ্ শমু ঈথৌরাঙ্ন অমা, খোইয়ম্ নোংদম্ খোন্ন অমা ওইহিক্লগিদি খোইয়ম্ মীনম্ব চিঙঙ্ লৌথিবদি নমু মীপূক্ ক্ষৎতবদ তোংগল্লি। লাইরেল্ কোল্লোয়্ নয়াথংদি মালেম্ লৈদম্নু তাফদে, কোরও নোংদম্নু কাফদবনিগিন নমান্ নিংথৌ কেগে লৈমাববু নতাইরেম্ ঐন চিঙ্থোঙ্ পুয়োক্চরুগে, ঙাংঙোই নিংথৌ পুখল্লুগে হায়্ন পুরুম্লম্লবগ লোইয়ম্ তাম্থোঙ্ অহোংবদি পোইরৈ লান্বুম্ মরুম্মগি হাওশি ঙম্গ চিংন শমু খোঙ্ শান্খিরে।

---

পন্ব হায়্বদি লম্বীদ খুদোংথীব থোক্ফদে ১। খোইন থেংবদ মমু চঙ্ হৌবগুম্ মশাদ করিগুম্ শোক্প য়ারোই। ২। সোয়্দন ৩। মীওইব ঐথোয়ন্ নিঙজরিব থবক অহুন অমদ থোক্খি, লাইন তম্বনা অমা ওইরম্লবদি লাই ক্ষৎতবন শিন্ব খূংশিল্

লাইরেল্ মৈতেঙগুগি তুবি হয়্রাঙ্ মউশা পম্বো মপাত্তোন্-শিংগ পোইরৈ পুম্ন তিন্ন রাতানরে। কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাব অঙ্গবু নমু মীচম্ অরায়্ব নত্তে। চিঙঙ্ মরল্কুন খোইয়ম্ ১। লাংঙল্ মশক্কুম্ নাউনৌরক্প মহাক্নে। পায়্ম লৌশিংথোই য়েল্লাং থৌরাঙ্ চাউয়ে, শলৌ ঙম্দম্ শোয্গন্দে। পূক্লিঙ্ অপামব থুংগে নিঙ্লবদ তন্ব মমাঙ্ থাঙঙম্দে। কেগে মরৈবাকপূঙ তাক্ল নোং, মপারি ম্লুংচঙ্ব, উন্বী পূক্লিঙ্ ম্লুংওনবশিনে পোইরৈ ঈথুবাক্ত নোংমন্ নোংগি কেগে পুম্কলাই খেলৈ নুঙ্নাং তেলহৈবন মপারি মংশক্ তাললরবদি হয়েং ঈপূঙ্ চেপ্প কৈ, রাংঙম পুম্ন তাক্লহৈনে। ঙাংঙোই ম্লুঙনাং তেলহৈববু তুবি সনা মখোঙখাবু যৌহনফদে হায়্ন রাত্তানরব'গ পোইরৈ নমু মীরক্ তিনদব কাওবেল্ ২। লীতং শনগুমব খুঙম সলামচাগ লুরাং কোন-জেংবগ অনীমবু পাগুকৌখিয়ে। লিকাই মপাক্তোনশিন লাইরেল্ সনা ময়াথং শান পাউশাক্খিয়ে। তাও হে, খুঙম সলাম্চা, লুরাং কোনজেংব-ও, তয়ুয়্নখোয় অনীন হাওবৈ নো পোকলা পাংখিব ভবানন্দ অয়েক্পদ হায়্রুও। লাইরেল্ সনা ময়াথং মমান্ কেগে মোইরাং নিংথৌবু পোইরৈ মপূঙয়াম অ'সদ য়ৌফরোই, রায়্রং লম থাঙমদ মাঙহললো হায়ন তাকপিরে। লাইরেল্ সনা ময়াথংদি কোরও চিঙ্তয়্ কাপকুম্ হনফদব মহাকনে।

---

অসি ফংভবদ তোংগল্লি। ১। থৌরী তংলব শল্ কাওগুম্ব

লোইয়ম্ তাম্বোঙ্ অহোংব চান রায়্রং মতাইম তুমু মপূঙ্ য়ায়্দ ফায়েঙ্ নোংফাইরিবৈদ খুঙম্ সলাম্ চাগ লুরাং কোন্-জেংবগ অনীন তান্‌ফংলুরে। লাইরেল্ পন্থৌ মপাতোন্‌শিংগি কোল্লোয় মতিন্‌মেন্ লাইরেল্ সনা ময়াথংনি হায়্ব রাবু, খাক্তন পাউতম্‌লবদ লোইয়ম্ তাম্বোঙ্ অহোংব চাম্বুঙ্ লাইরেল্ সনা ময়াথংবু ১। খজিক্লে। পোইরৈ লাম্নী মথি নাই, রাংঙম্ মরাঙ্ চওন ছুয়েল্ লাল্‌চঙ্‌লক্লে। কেগে পুরিক্‌লাই ঙাংঙোই নুঙ্‌নাং তেলহৈবম্বু ১। চক্‌প অঙ্গাঈবু লাইজ রাংম লাল্ অঙ্গো চিঙ্‌জাউ শম্ন চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্ মমা লৈকুং পিয়াইশুচা ৩। তেক্‌পি ওক্ থক্ থোংন লাংওল্ লম্ ওক্‌লোং লম্‌মহন্‌দ পোইরৈ লাম্নী পুন্নমগ মায়োক্লরে।

নমু পোং নিংথৌ ওইন পোক্লবদি চিংঙু মশ লম্‌ওন্‌ন পোন্‌লব মতাক্‌নে। মিৎয়েং থান নেংহৈদে, চেংলৌ মিং থুন্‌বনে। শমু খূৎন থিল্‌লবম্বুঙ্ খূৎ লোম্‌বনে। নিংথৌ শমু মহাক্‌শাংদ টিনেল্ টাৈর চঙ্‌হৈদে, লাই সনা কাক্‌কৈ ঈবু নিংথৌ সনা মহাক্ শাংদগি ঈপাঙ্ মালেম্ লৈদ তারবদি ৪। থাঙ্‌য়ী চহয় কওয়ে, ৫। লোইমোম্ চাথং লোম্‌য়ে, মালেম্ লৈবাক্ তাক্‌য়ে হায়্‌ববু ৬। খম্‌লাং মপা অমনব, পুরেল্ মমায় ওন-থিরবশিন রারীরম্‌ববু খঙ্‌লৌনব, ঈরেং মপু ৭। অকেম্ব, লাংলেশ মকা চাউদরবশিংন রাহম্‌লম্‌ববু নাতারৌদব খূরায়্

---

১। নিঙ্‌লে। ২। চক্‌প খুঙ্গঙ্ মনাক্ত চেন্‌ব তুরেল্ (নিংথি) ৩। ওক্ ৪। ফৌ ৫। ফৌ ৬। শিগ্রব ৭। শিগ্রব

অতাকৃপ কাণ্ড, লাংলেল্ অপোইব শল্গুম্ব য়াইথোঙ্ লাক্ন থৌবু ৮। খমনুং ৱারক্কিদব খুঙম্ সলাম্ চাগ লুরাং কোন্-জেংবগ অনীন কেগে পুরিক্লাই নিংথৌ সনা মহাক্শাং পুনুং লায়োন্ খোক্কুম্ববু ১। চোয়্নৌ সনা ডুলাইথক্কি তান্থোঙ্ লম্ফাই চেল, চেন্গুম্ববু মালেম্ য়াইবী হিংথংনন কোরও নোংকাহন্খিরে।

লোইয়ম্ তান্থোঙ্ অহোংব চাগ পোইরৈ লান্মী পূন্নমদি থিংলৌ নিঙ্ন তে ২। ৱায়রং লম্শাং ইনন মরাল্ ওন্তেরক্লে। পুরিক্লাই ডুলাই মখূনেৎ অভীংবগ নিংথৌ পোৎলোই পূন্নমবু লাইরেল্ সনা মখোঙ্ খাদ কৎন ৱাইথুংলরে। লিক্লাই ৱাংঙম লৈমাব লোইনাই কৌব চিঙ্থংখোম্বন মমান্ কেগে পুরিক্লাই ঙাংঙোই পোংলেন্হন্বগি ডুলাই মখূনেৎ অভীংবগ নিংথৌ পোৎলোই পূন্নমবু উন হুংশি মথৈ লৈতন লাইরেল্ য়াইবী কল্হওনীক্ থাঙ্লেন্ খূৎত শূ, তুবি ৩। হেম্শোন্ নীক্ন ৱাতাথীরক্রে। তয়ম্ ভবানন্দ নঙোন্দ ঈমান্ নিংথৌবু ৱায়্রং লম্খাংমদ মাঙ্হল্লো হায়্ন লাইরেল্ সনা ঈয়াথংবু ৱাহম্খিব লৈবরা? নিংথৌ সনা ঈয়াথংবু থৌওইদবগি ঈমান্ চেংলৌ শক্উনহন্দবরা? অঙম্ব কনাগি কোল্লোয়্ মপাউ তান ঈমান্ নিংথৌবু কোরও ঙম্লোন্নহন্খিবনো? পলেম্ ঈমা অপোক্-পীগ ঈনুং শিল্য়োম্লা অমতনা য়োন্নকৃপ মপূম্ য়াইবী লরওগ

---

লৈবাক্ ১। সনা ২। নোংপোক্; মায়কৈ ৩। শোর নীক্ন

পোইরৈ খুন্নিংথৌবু ওইবদ লাইরেল্ কোল্লোয় মিংচৎ ওইগদবন করিনো ? রাংঙম্ লৈবাক্ ঙাক্ল পোইরৈ খুন্নিংথৌবু ওইঙম্-লরোই। তুবি ঈপাচা, লাইরেল্ ঈয়োল্লু কনাগুম্ব তয়ম্ নঙোন্দ ঈমান্ থরায় লওনব পাউতাক্প অত্তবু পোইরৈ লৈবাক্ ঙাক্ল পাল্হল্লো হায়্ন লাইরেল্ য়াইবী কল্হওনীরু ৱাতাথীখিয়ে। মতাইরেম্ লোইয়ম্ তাম্থোঙ অহোংবনচিংন হুয়েল্ লান্ চিংব পূন্নমবু নিংথৌ রারক্ মতিক্নববু রারক্নরে।

তুবি হয়্রঙ মউশা পম্থৌ মপাতোনশিংন লাইরেল সনা মখোঙ খাদ মান্বী থূৎতপ্ন মূক্মু লৈতোন্ কোন্ন রাকৎ চরক্য়ে। লাইরেল মৈতেঙঙু লিক্লাই রাংঙম লৈমাব-ও, নিংথৌ উন্বী পূক্লিঙ কায়্বগি পূক্লিঙ অশাউ চঙ্বিগুনো। খোয়ম নোংদম খোন্গ তাইবঙ শমু ঈথৌরাঙ্গ পাচুদবন নমান্ কেগে লৈমাবনা য়াংলৌ লম্খাংমদ নোংমন্থিবনি। তৌইগুম নমান্ নিংথৌ ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্বগি শংলৌ মথৌরাঙ্সু চাউবনি। নমু পোং ওইব কনাগুম্বন ঙম্ফদে। হয়েং মতম অমদ নপোইরৈ চেপ্ন হৈ, নরাংঙম পূন্ন লোই-রগনে হায়্বগি লাইরেল সনা নয়াথংবু ঈন্দন ১। লঙ্জরে হায়্ন রাকৎচরবদ লাইরেল মৈতেঙঙুন তুবি মপাতোন্শিংগি কোল্লায় মপাউখোন্দগি শংলৌ থৌরাঙ্খিব নমু মী শক খঙ-লবগি পোইরৈ রায়েল মতুং ইন্ন রারক্ঙৈনে হায়্ন লাইরেল মৈতেঙঙুদি পম্থৌ মপাতোন্শিংগি সনা ময়াথংবু মাই রাকন্ফদবগি

১। লাল্জরে ; য়োল্লে।

থাম্‌বী মৈফম্‌ অশাবন মালেম্‌ লৈরোন্‌নুংদ থিংন শারবস্ন মৈরি নোংলোন্‌ কাওম্‌দবগুম্‌ লাইরেল্‌ উন্‌গোয়্‌কুংদ চাক্লবসুঙ্‌ য়াইবী কল্‌হও নীক্‌পবু চয়্‌রৎলে।

লাইরেল্‌ মৈতেঙঙু লোইনাই কৌব চিঙ্‌থংখোম্‌বন রাহম্‌-লক্‌য়ে। ঈমান্‌ চিঙ্‌খোঙ্‌ য়ায়্‌মব মপারি শ্যামচান্দ নঙ্‌বু লাউ-ও। খোইয়ম্‌ নোংদম্‌ব মথৌ থা; চিঙঙ্‌ মাগি রায়েন্‌ন তাবগি ঈমান্‌ কেগে পুরিক্‌লাই ঙাংঙোই লৈমাবদি শজিক্‌ মময়্‌ রায়্‌ন থবা মতুং ইন্‌গ্রে। তৌইগুম্‌ নিংথৌ মতিক্‌নন ১। মথৌ য়াংগেন্‌থৌ ২। পুরোয়্‌ লৈকোয়্‌থৌগি মতোল্‌ লোম্‌নব কেগে নপাচা, ঙাংঙোই ৩। নয়েল্‌ লুশিংবু ঙাই-রোয়্‌নন নপাল্‌ পন্থৌ নিংথৌ ঈমান্‌ কেগে লৈমাব, রায়্‌রং লম্‌থাংমদ্‌ কোরও নোংকাখিব নিংথৌ শমু মহাক্‌ শাংবু ৪। চক্‌-মোম্‌ ৫। থামবী মৈদ ঈক্‌ন ৬। অমন্‌ পীখোম্‌লুও। কেগে পুরিক্‌লাই চা শ্যামচান্দ ৭। লাংজেং মথোক্‌লক্‌পন নিংথৌ সনা ময়াথংবু মালেম্‌ লৈদ তাহন্‌দন চরৈ ফিগাউ শান কেগে মপা চা ঙাংঙোই নয়েল্‌লুশিংগ ঙাইরোয়্‌নন হাওরৈ নোংপোক্‌লা পাংবরম্‌ রায়্‌রং কোন্‌কারম্‌বু ইন্‌ন ওক্‌তোং মপুঙ্‌য়ায়্‌বু নাতৈনন কোরও নোংকাফম্‌ রায়্‌রং লম্‌থাংমদ রাইথুংলুরে। নিংথৌ কোরও নোংকাফম্‌বু য়োৗরবদ থাঙ্‌লেল্‌ নাপল্‌ হাই,

১। পোৎলোইনব থবক ২। মৈ কোয়্‌ব, ৩। নপা নচা, নচিল্‌ ননাও। ৪। মৈ ৫। মৈ ৬। অশিবগি মন্না খুল্‌লুও ৭। পাখং ফারব

১ঃ কচেং য়োংহক্ চল্ নিংথৌ পোৎলোইথৌগি মালেম্ লৈকম্ শেম্ শিঙ্বী ঙাম্চৌ পৈরবগ পুরিক্লাই শমু মহাক্শাং, মালেম্ লৈরোল্নুংদ লময়ায় তিঙ্গোং লাইশ্রাবী চা য়াহিপ্‌ন, লৈনুং সনরেম্বী য়াত্তানঙাম্ববু লৈমু মথোঙ্ হাংন ২। শান্কোঙ্লবগ নিংথৌ সনা মহাক্শাংবু লাইজ ৩। শান্তেং থোই অমন্ নোংগা ফি অঙৌববু চরৈ ফি থোল্লবগ শিঙ্বী ঙাম্চৌ থক্ত হাপ্‌ন মপারি শ্যামচান্দ অহেম্বন চক্মোম্ খাম্বী মৈগ কোয়্‌ন অমন্ পীখোম্লে: নিংথৌ তাঙ্জ লুরেল্ ভোন্গি ৪। লাইবক্ খেলাইথোং শরা লুথাঙ্থৌ অপাম্ববু নোংলৈম মথুৎশা চরৈ পশোৎ অঙৌবন য়োম্ন কেগে পুরিক্লাই চা শ্যামচান্দ মথোক্লক্পগি শমু ঙক্ত কিন পোইরৈ ওন্তেরক্পন লাইরেল্ সনা মথোঙ্ খাদ রাইথুংলরে।

লাইরেল্ মৈতেঙঙু লোইনাই কৌব চিঙ্থংখোম্বন মতাইরেম্ শ্যামচান্দ কৌবদ পাওমেল্লক্‌য়ে। ঈমান্ নিংথৌ কেগে লৈমাবগি শরা লুথাঙ্থৌ অপাম্ব অসিবু ঈমান্ কেগে মোইরাং লৈমদ শমু খুৎশিন্নরুও। নিংথৌ সনা ময়াথংন হাওরৈ লাইনা পাংবরম্ চিঙ্য়ায় কোন্থা চা নাউরা খোয়্রেল্ খুন্দ য়াংগোইরিবী ঙাংঙোই লৈমাবী তম্ফা সনা মথোঙ্খাদ রাইথুংলুরে। তম্ফা রাংঙম্লোন্ন মশাবি ঙাংঙোই লৈকোয়্ ফম্বগি লাইবক্ খেলাইথোং শরা লু থাঙ্থৌ অপাম্ববু থীক্লেল্ থাদ কোল্ মালেম্ লৈদ

১। য়োংন হক্তুন শেম্ব। ২। লোথোক্লগ ৩। ঈরুজব
৪। চিন্তা মনি

গুন্ন মীকপ্‌খিয়ে। শাবি ঈরাং পুরিক্লাই তম্ফা কোরও ঈনেংথৌ নঙ্‌দি নোংপোক্ লৈময়ায়দ রাঙত্ব নিংথৌ সনা মশাইকোন্দ নোংথোইরুববু থিংলও নিঙ্‌ন ত্তেন তম্ফা নশানৌ ঐবু ইন্তাল্‌-লক্‌পদি অসিরা? নতাইরেম্ কেগে ১। চিঙ্‌থোঙ্ পুয়োক্‌লোয় ঙাংঙোই ২। পুখল্ লোয়্‌শিংবু ঙাইরোয়্‌নদন ওক্‌তোং মপুঙ্ য়ায়্‌দ কদৌরম্‌বনো? নিংথৌ আ অরা হূয়্‌রাং শোন্নন নোংপোক্ মৈন থেংবগি শেন্‌বী লাইবু লাই কারম্‌বরা? শেম্‌বী কবো লাই, চক্‌প অঙাং কিশি লাই য়াওশু খুন্‌দোল্ লাইবু লাইকারবগি পলেম্ নমা ৩। খয়োয়্‌রোন্ ঈমান্ লোইয়ম্ব চহুবু পলেম্ কোল্লোয়্ মিংথোং ফান্ন হয়ু পীশোল্‌লম্‌বগিবু শেন্‌বী মপুঙ্ য়ায়্ ওক্‌তোং মশাই কোন্দবু নোংথোইরম্‌বরা? কেগে নরৈবাক্ ঙাংঙোই নকাইফম্‌দবু রাইথুংলরবদ খুয়োল্ য়াংব নরৈনেৎ অদুবু কেগে লৈখোঙ্ কায়, মোইরাং লৈবাক্ তাকুন মালেম্ লৈরূ কোক্রুবগি তম্ফা নশানৌ ঐবু তাঙ্‌জ খোঙ্গুল্ লীরক্‌পরা? তম্ফা নশানৌ ঐদি য়োয়্‌বু ঈঙাইরোয়্‌শিংগ মালেম্ খোঙ্‌বী লৈখৈয়েং ৪। অরাং কোরও মথলমগুম্ নুংশি মখৈ লৈতন নোংথোয়্‌রম্‌ইয়ে। তম্ফা ঐগি কোরও ঈনোংথৌ কেগে লৈকোয়্‌ফম্ব নঙ্‌গি লাইরক্ খেলাই থোং শরা লুথাঙ্‌থৌ লৈরাং অতিংয়া অসিবু লহাল্ নাউরা অখুঙৈদ পলেম্ নমা ঈমান্ খয়োয়্‌রোন্ লোইয়ম্ব চহুন ফৈরা তান্দ থোংন তোয়্‌নব

১। নিংথৌ শেন্নব কাঙ্‌বু ২। মপুগি থৌগল্ তোব মী
৩। খুমন্ নিংঙোল্ ২। স্বর্গ মথল্ অমগুম্।

তুগুম্‌বব্‌ চেংলো মিংকুপ্‌ মরুম্‌ তোয়্‌নখিগে হায়্‌ন মীকপ্‌খিয়ে। লম্‌লেল্‌ মত্তাইম অসিস্সুঙ্‌ ১। য়োয়্‌রুম্‌ লোন্‌ কোরও খোংজোম-লুবী ও মন হাওকু মমান্‌ মচাশিংবু ঙাইখম্‌লবগ হাওকূ লোইনাই শাফব ও মবু ঙাইরোয়্‌নন অরাং কোরও নোংকাফম্‌নে। তম্ফা নশানৌ ঐস্সুঙ্‌ য়োয়্‌রুম্‌লোন্‌ কোরও খোংজোম্‌লুবী লৈরাং মশুং মান্‌গুম্‌ শাবি নোংপোক্‌ লৈময়ায়্‌দ নোংথোইরিববু ঙাই-থম্‌ ঙাম্‌য়ে। নিংথৌ লাইবক্‌ খেলাইথোং শারা লুথাঙ্‌থৌ লৈরাং অতিংঙানিগুম্‌ তম্ফা ফৈরা ঈতম্পাক্ত রাইথুংলরে। য়োয়্‌বু থিক্‌লেল্‌ থাদ কোন্‌ন কোরও ম্‌থোঙ্‌জিন্‌বু ইন্তান্‌-মিনখিরসি হায়্‌ন তম্ফা মনিঙ্‌ ফম্‌বু লৈতন মীকপ্‌খিয়ে। পাবি পায়্‌ম লুংচঙ্‌বশিংন কোরও নোংমদোন্‌দবু শাবি নঙ্‌বু লম্‌-ওক্‌লম্‌বরা? কোল্লোয়্‌ করিগুম্‌ববু পন্থৌ মপা নওোন্দ পাউমেন্‌ ঙাম্‌বনো হায়্‌ন মীকপ্‌খিয়ে। য়োয়্‌বু মঙাইবোয্‌ থংজিঙ্‌ যুম্‌লেল্‌ ঙান্‌বীশিংস্সুঙ্‌ শমলাং ফাচাইন মালেম্‌ লৈদ ওন্‌ন মীকপ্‌ হন্‌গৎ ঙম্‌দন লুংশি খোয়্‌খৈ নীক্‌ন লুংওন্নখিয়ে।

---

১। চেংলৈ চন্থ।

—— { * } ——

# ভরেংশুব পন্দুপ্

তম্ফা রাংঙম্লোন্ কেগে মোইরাং লৈমগ য়োয়্হৈ লেংন তিন্বী পূন্নমগ পুরিক্লাই নিংথৌ মশাবিগি দমক্পু ১। খমন্নুং ফুন্নুরাল্ নিঙ্থিন অমল্ শংলৌ লুতিন্ থৌবু ২। খোয়্জি হুংয়াল্লে। নিংথৌ পুরোহিত মনাউয়োক্ন নিংথৌ পোৎলোই অস্থূব শরাদ্ধ য়ুম্শেংথৌবু খাক্তন থৌরম্ মতোল্ লোম্লে।

লাইরেল্ মৈতেংঙু লোইনাই কৌব চিঙ্থংখোম্বন লাইরেল্ ময়েল্লু পন্থৌ মপাতোন্শিংদ রাহম্লক্য়ে। পন্থৌ ঈপাতোল থোঙ্লেল্ খূরায়্লাক্প লোইবী লৈরিখোম্ম নঙ্ব্ লাউ ও। ঈগান্ কেগে মোইরাং লৈম তম্ফা রাংঙম্লোনবু ঈরোই ঐগি লোইবীরেল ৩। তূন্নুং লংবাল্লোই নাউরা খোয়্রেল্ খুন্দ নোংথোইফরোই। লাইরেল্ ঐগি ৪। কংলৈ পূঙ্ময়োল্ লাই-রেল্ সনা ঈশাই কোন্দ পাউকৌথৎলুরো হায়ন থৌশিখিয়ে।

মৈতেংঙু চা থোঙ্লেল্ খূরায়্ লাক্পন হাওরৈ লাইনা পাংবরম্ নাউরা খোয়্রেল্ খুনবু ইন্তাল্লক্লে। তম্ফা কেগে মোইরাং লৈমন ৫। মহ্ নিংথৌ চেংলৌ শক্উরবদ হান্ন রা-হম্ঙাম্য়ে। ঈহ্ নিংথৌ লোইবী লৈরিখোম্ন থোঙ্লোল্ খূরায়্ লাক্প নঙ্ন তম্ফা ঐবু ৬। ইন্তাল্লক্পদি নপারি লোইনাই চিঙ্খোঙ্ য়ায়্মব লোইনাই কৌব চিঙ্থংখোম্বন

---

১। অশিবগি লান্নবথৌ ২। হক্চাং শারে ৩। লং, তূন্নুং লংবাল্ লোই = লংলোই, লং কৎপা খুল্ ৪। য়ুম্ফাল্; কংলা; অকংবদ লৈহ্না পান্ব লম্ ৫। মবুং; মপ্বা ৬। লাক্পদি

তস্ফা ঐবু কোরও নোংকাহল্লো, চিঙঙু পন্তাল্হল্লো হায়্বগি নশাবি ঐবু ইন্তাল্লক্পরা? কোরও নোংকাফরোই, চিঙঙু পন্তাল্ফরোই হায়্বগি তুম্নুং লংবাল্ লোইবু লংলৈ খল্ওন্গে হায়্বরা? তস্ফা ঐদি ঈপল্ কংলৈ পুঙ্ময়োল্ মোংব থাঙ্গা নিংঙোল্ কাগি লম্হওরক্পী কেগে খুল্লৈমনি-গিনা তরেঙ্১। হুংশোল্লয়্ মোংব তাল্শিল্ হান্ন অরাই পায়্ম নিংশা লাংবু তুম্নুং লংনাই হৈতরি হায়্ন মীকপ্ঙাম্ববু মতু নিংথৌ থোঙ্লেল্ খুরায়্ লাক্প লোইবী লৈরিখোম্বন ২। হুংগোয়্ শিম ওন্ন রাহম্লক্য়ে। শাবি তস্ফা রাংঙম্লোন্-ও, নতু লিক্লাই রাংঙম্ লৈমাবন নপল্ কংলৈ পুঙ্ময়োল্ লাইরেল্ সনা য়োয়্কোন্নুংবু ইন্তাল্লক্ও হায়্ন পাউশিরক্য়ে। মতু নিংথৌ লোইবী লৈরিখোম্বগি চিন্গোয়্ মপাউ তাবদা তস্ফা রাংঙম্লোন্ন পাওহংলক্য়ে। ঈতু নিংথৌ থোঙ্লেল্ খুরায়্ লাক্প-ও, লাইরেল্ নপারি লিক্লাই চিঙ্খোঙ্ য়ায়্মবন মমান্ ঐবু পাউ কৌরবদি মমান্ শাবি পুরিক্লাই তস্ফা কোরও ঈনোংথৌগ পারি পায়্ম হুংজংবশিংগ য়াইথোঙ্ শিরম্লেন্গিনু হল্রাইরক্লবরা? তস্ফা ঈতোম্মন ঈপল্ কংলৈ পুঙ্ মযোন্দ কদৌরুসিবনো হায়্ন মীকপ্খিয়ে। লোইবী লৈরিখোম্বন তস্ফা মথোঙ্ পায়্ন রাকংচখিয়ে। শাবি তস্ফা রাংঙম্লোল্ ও, নশাবি পাইরৌরেম্ কেগে লৈমাব অতুবু নতু নিংথৌ ঈখোয়্বু নাউরা ঈখূঙৈগি হৌন পুরিক্লাই ৩। মপীলিগুম্ থৌজাল্

---

১। মোইথাপ্ নাইব ২। পূক্লিঙ্ ৩। মপাগুম্

ময়োক্লন য়োয়্চান্বিরক্পনে। পাইরৌরেম্ তম্ফা কোরও ননোংথৌ অতুবু কোরও মখোঙ্জিন্দগি হল্রাইফররোই, লাই-রেল্ সনা মখোঙ্খাবু ইন্তাল্লসে হায়্ন রাহম্জরে। লিক্লাই মশানৌগি ১। চি ঙ্গোয়্ মতুং ইন্‌ন তম্ফা কেগে মোইরাং লৈমগ য়োয়্হৈ মঙাইরোয়্ পুন্নমগ তুলাই লেংদম্ তোংন মপল্ কংলৈ পুঙ্ময়োন্‌বু ইন্তাল্লক্লে। লাইরেল্ সনা মখোঙ্ খা কংলৈ কোম্নুংলেন্দ। রাইথুংলরে।

কংলৈ সনা পুঙ্ময়োন্দ লাইরেল্ মৈতেঙঙুগ চেংলৌ শক্উনরবদ তম্ফা রাংঙম্ লোল্ কেগে মোইরাং লৈমন ২। হেঙাই তুংয়েংচেংন রাহম্লক্য়ে। ঈতু লোইনাই লাইরেল্ চিঙ্খোঙ্ য়ার্মব-ও, লাইরেল্ নপা মৈতেঙঙু ঈতু পোইরৈ নিংথৌহন্‌বগ শাবি পুরিক্লাই কেগে লৈমাবগ নাউরা ৩। মথূঙৈগি হৌন পন্থৌ ৪। পোক্মাচাগুম্ ঙাইরোয়্নরক্প নংতবরা? ঈতু লোইনাই নখোয়্গ য়াথং পাউথীথোই, কোল্লোয়্ চম্‌ন থান রা ওইনব রা করম্ববু লৈবগি লাল্নংহন্‌বনো হায়্ন মিৎ সনা থম্বাল্ মান্‌বদ তরঙ্ লাইজ ঈরা চেন্ন রা হংথিয়ে। লাইরেল্ মৈতেঙঙু লোইনাই চিঙ্থংখোম্বন পাউথুম্লক্য়ে। ঈমান্ কেগে লৈমাবী তম্ফা রাংঙম্ লোন্-ও, নশাবি ঈমান্ কেগে পোংলেল্ হন্‌ববু কোরও ঙম্লোইহল্লো হায়্ব রাদি লাইরেল্

---

১। মরা; মপাউ ২। মপূক্লিঙ্ তুংশিন ৩। পিক্লিঙৈ; নাউরা মথূঙৈ = অঙাং ওইরিঙৈ ৪। পোক্মিন্নবগুম্; পোক— (অপোকপ) মা — (অমতগি) চাগুম্ — (মচাগুম্)

সনা ঈযাথ ১। তুবি লিক্লাই ঈপাউ মেনুবু পূন্ন লৈতে। নচু নিংথৌ পন্থৌ অথুবশিংগি শংলৌ মথৌরাঙ্‌ যেল্‌ লাং মঙম্‌ ওম্‌বু লাইরেল্‌ ঐন খঙ্‌লৌদবে। তক্ষা রাংঙম্‌ লোনুন মচু নিংথৌশিংগি শংলৌ মথৌবাঙনি হায্‌ব রাবু হুজা খোয্‌জি খাদ থূপ্ন থম্‌খবে।

লাইবেল্‌ মৈতেঙঙুন মমান্‌ তক্ষা রাঙম্‌লোনুগি দমক্‌পু যাংগৌ মতাইম পোইবৈ মৈতৈ শিবা পুনেন্‌ শাফব লো মল্‌ বাই, মচু তোন্দি তুগাউ তোনুন কোইবনম্‌, ১। শাযান্‌ পনমৈখা যাংথোন্‌বী শাকৎলম্‌বু নাতৈনন লাগেজ শংগোং পন্‌ব লৈবাই তল্‌লম্‌ন মাগোল্‌ ২। শাই কেবন্‌নন কোল্লোয্‌ তৈন শেম্‌ শঙ্লেল্‌ মখল্‌ তৈন ··· বগ মমান্‌ কেগে মোইবা লৈমবু পুন্সিক্লাই মপান্বি নাঙবা অং শিংগ ৩। মনেং যাব্‌ যাবা লোলখঙদবিবশিগ খোয্‌ব মচাও বোয্‌ পুন্নমগ যাংগোইগলনে। লাইবেল্‌ মৈতেঙঙুন লমুন্‌ মবেল্‌ থী, চংবী কন্‌বেল্‌ খাইন যোয্‌চান্‌খিযে।

লাইকুনমা ওল্লবণ মমান কেগে লৈমাবগি নোংগৌবু মমান্‌ কেগে মোইবা লৈমগ শংলৌ থৌবাঙ্‌ চউ, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্ন তিল্‌, পোইবৈ মনিন্‌ নাই, নমু মীযাম্‌ তিনন্‌ মুণ্ডাই মথে লৈতন কোনও নোংগা শক্‌ হরি বোল্লোয্‌

---

১। শাযান্‌ পন্‌ মৈখা—শযাঙ্‌ পন্‌গী মখা ২। শাইডিল্‌ লোয়ন ৩। মচু

নিঙ্‌খিন লোন্, তন্না অচা য়াংহন্‌দ তম্বেং শেন্‌চা কংন মতোল্ লোম্লন তৌক্করে।

লাইরেম্ মৈতেঙঙ্‌সুঙ্ পোইরৈ খয়াঙ্ হুঙ, য়াংঙম্ মনিল্ নাইন পাল্লবদ, ঐরা তোঙ্‌দোহি মনিংথোন মমান্ ঈরাং পুরিক্লাই কেগে লৈমাববু পোইরৈ মৈতৈ লাম্নীন য়াংলৌ লম্থাঙ্গদ নোংমল্লে, কেগে লৈখোঙ্ কায়্‌রে, মোইরাং লৈবাক্ তাকুলে হায়ববু নাতারবদ মতাইরেম্ অথৌলিচা হেন্ন খয়াঙ্ কোন্দাইরোল্লব খাম্রল্ লাম্নী পূম্নমদ পাঙ্‌মেন্‌লক্লে। ঈতা-ইরেম্ থয়াঙ্ কোন্দাইরোন্‌ব অথৌ লাঙ্গোন্‌বশিং-ঙ, মমান্ কেগে লৈমাবন্ন য়াংলৌ কম্‌মথাংদ পোইরৈ মৈতৈ লাম্নীন য়াইবী থহায়্ লৌরে হায়রে। পোইরৈ নিংথৌহন্‌ব মহাক্ন ঐরা ঐবু তাং-শক্তরে। ঈতাইরেম্ নখোয়্‌দি থাগি মনিল্ নাইবগ হুয়েল্ লান্‌শোক্‌নরুবদি অরা পোথাদরে হায়্‌ন পূক্নিঙ্ য়ারৌরগুনো।

হাওরে মোংচুপ্ লা পাংবরম্‌দ চংন পোইরৈ মৈতৈ লম্‌দ লাম্থারুও হায়্‌না থৌশিখোন্‌গি হুয়েল্ লাম্থারক্লে। খাম্রল্ মনিল্ নাইবম হুয়েল্ লাল্‌শোক্ খম্‌থেংলরবগি পোইরৈ মনিল্ নাইবদি লাল্‌শোক্ মায়োক্ য়াঙম্‌দন য়াংঙম লৈখোঙ্ কায়্‌রে। খাম্রল্ লাম্নী পূম্নমগি হাওশি ওমগ চিংন হুয়েল্ লান্‌জিংলক্‌প খাম্রল্ সমা পূঙ্‌দ ঔরা লৈবাক কোইবন পোইরৈ মীয়াম্ খোম্‌লবগ কেগে মোইরাং লৈমদ য়াহিম্‌লক্‌রে। কেগে মোইরাং লৈম-ঙ, পূক্নিঙ্ক্লাই মপারিশিংবু অচাউ লেপ্‌কাদরি, শাংসু লম্‌ঙম্‌দরিরে। কেগে নরেপুঙ্, মোইরাং নরেবাক্‌পু

ঙাক্ঙম্দরগনি। পোইরৈ নপাচা রাংঙম্ ১। নয়েল্লূশিংগি উন্বী পুক্লিঙ্ ফংতে, পায়্ম লিংজেল্ চুম্দে। নপারি নাউরা অথূবশিংদ অরা হুয়রাং শোনব নোংবু লাক্কনি। থাম্রল্ লৈমাব নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাবু ইন্তাল্লসি হায়্ন রাহম্জরে। তম্ফা রাংঙম্লোল্ কেগে মোইরাং লৈমন পাউমেল্লক্য়ে। কেগে ঈপাচা, ঙাংঙোই ঈয়েল্লূশিংও, তয়ুম কেগে খুন্ফাংথৌ ঙাংঙোই নাইফাংথৌশিং ও, পুরিক্লাই মপারি নাউরা অথূবশিংবু অচাউ লেপ্ফাদরি, ঈনোংয়ায়্শিংসু শাংসু লম্ঙম্দরি। কেগে ঈপূঙয়ায়্বু মোইরাং লৈখোঙ্ কায়্রে, ঙাংঙোই ঈপূঙ্ লেপ্তরে, নোংপোক্ লৈময়ায়্বু ইন্তাল্লসি হায়্ন য়াহৌখিয়ে। মমোম্ লাংলেল্ অতোম্বীবু য়েংন তম্ফা কেগে মোইরাং লৈমন পাও-মেল্লক্য়ে, ঈমোম্ ঈরাংলোল্ নাউরা অথূবী তুঙ্গবিদ্যা নঙ্বু পীয়ু হায়্ন নোংপোক্ লৈমঙনদ রাঙম্ব ঔরা তোঙ্দোই নিংথৌন ঈমোম্ নঙ্গি কোল্লোয়্নমিং থা নত্থ নিংথৌ সেনাপাতি অতোন্ মশেম্বদ নিংথৌ সনা ময়াথংন তল্লা ২। নউ কল্ পামেল উরাই হক্লব রাসু লৈয়ে। নপল্ পন্থৌ নিংথৌ শাবি কেগে লৈমাবদসুঙ্ নোংপোক্ লৈমাব ময়াথং থোক্ন থাম্রল্ ঈ-ঙাইরেল্তঙাবু ওইরে, নমোম্ ঈরাংলোল্ তুঙ্গবিদ্যা অহেন্বী অত্থবু কোল্লোয়্ মিংন হেল্লে, হয়েং অচাউ লেপ্ফারা, শাংসু লম্ঙম্লক্লবগ নিংথৌ ঐঙোন্দ ৩। য়োন্দন পীনৌও হায়্ন রাহম্লক্প রাবু তম্ফা ঐন নাতায়ে। ঈমোম্ চিঙঙু

১। মরী মতা, নপা নচাশিংগি ২। নহাক্পুলোগে হায়্ন

নরাইবক্‌ নাউরা খোয়্‌ খাউম ঈম্নুং শিল্‌য়োম্‌সুংগি খোয়ম্‌ কোরও য়ায়েন্‌ব চিঙঙ্‌ নোংদম্‌খোন্‌বু লম্‌জায়্‌ফদবনরিঙৈনে। নিংথৌ সনা মখোঙ্‌খাদ ইত্তাল্‌লসি হায়্‌ন য়াহম্‌লবগ মমোম্‌ ঈরাংলোন্‌গি দমক্‌পু পোংলোই মশিঙ্‌ শু, পোংল্‌ম মতোল্‌ লোম্‌ন অওঙ্‌ অউল্‌তম্‌ন নোংদম্‌লবগ নোংপোক্‌ লৈময়ায়্‌ খাম্রল্‌ মপূঙ্‌ য়ায়্‌বু পাংন শম্ন খোঙ্‌শাল্‌খিত্নন নিংথৌ সনা মখোঙ্‌ খাদ য়াইথুংলুরে।

কেগে মোইরাং লৈম তম্ফা য়াংঙম্‌ লোন্‌ন মমোম্‌ তুঙ্গবিদ্যা, অহেন্বীবু ঔরা মনিংথৌদ কৎন সুংঙাই য়াইবী মরাং কায়্‌ন খাম্রল্‌ মপূঙ্‌য়ায়্‌দ য়াংগোইখ্রে।

---

শিংনব মী ৩। সোয়্‌দন

লোয়্‌রবা

——{*}——